**NUNSHINABANA INGHANSI**— a play by Panthou Laioiba, Wangkhei Hijam Leirak, Imphal, Published by Dr Th. Munindro, Khurai Thangjam Leikai, Chingangbam Leirak, Imphal East, Manipur in 2011.






অফোঙবা : থাংজম মুনিন্দ্রো, খুরাই থাংজম লৈকাই, চিঙ্গাংবম লৈরক, ইম্ফাল ইষ্টতা লৈবনা 'ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিটুট'কী মহুৎ শিন্দুনা ফোঙজবা।

| | | |
|---|---|---|
| মখুম | : | অইবা মশা |
| অহানবা ফোঙবা | : | ২০১১ |
| মমল | : | লুপা ১৫০/- |
| ফংফম থোকপা | : | অফোঙবা |
| মশীং | : | ৫০০ |

ফংফম : রাজেশ বুক, গভর্ণর রোদ, ইম্ফাল
জোব সেন্টর, বাবুপাড়া, ইম্ফাল
অফোঙবা মশা।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শরূক অমত্তা অইবা অমদি অফোঙবগী অয়াবা য়াওদনা শীজিন্নবা, লৌথোকপা, নমথোকপনচিংবা তৌবা য়ারোই। দ্রামা অসিমক লাইওইবা পল্হৌ ইপাদগী রূপমহল থিয়েটরনা শান্নবা নিজখ্রে। কনাগুম্বনা দ্রামা অসি নুংশিবিদুনা শান্নবীগে হায়রবদি পল্হৌগী থৌজাল অমসুং 'ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিটুট'তগী অয়াবা য়াওদনদি শান্নবীগনু।

নম্ফম : ঐঙ্ক্সা ইন্টরপ্রাইজেস, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

# পুনেমজরি

ৱাখলগী তরঙগী লৈকোল্লক্তরা
পূক্লিংগী ইহুল্লক্কী লৈকোলদরনে
মীয়াগী লৈতেংগী লৈচল্লা ?
ইহুল্লক্কী পূক্লিংগী মমিরনে
পুমশুম শুমহৎলেনে থম্মোয়সে
ঙাওরেনে মীওইপোক ঐতবু
কৌরগেনে লৈয়েংসিগী খোঞ্জেলসিনা
হাদ পন্থৌ, হাদ পন্থৌ লাইওইবা !
মণিপুর ইমাগী তম্পাকথক্কী লনকৈনি
চেন্থরক্লবা ৱাহৈগী ঈচেল
ওইহল্লিনে মিকুপসিদা সনাগী লাইজ
ওইরক্লিনে মীৎয়েংসিগী লুপাগী কোঙ্গোল
লোয়নাইদ্রবা চৈচৎকী লংলানি
পুন্সিনবিরবদা মীওই কয়াগী থম্মোয়
চরৈ অদুগী নাওয়োম ফি
মান্নৈদকো খল্লিদকো পূক্লিংসিনা
লনকৈগী ময়াইগী মঙাল
ফংজরুরবা মীৎস্লাসিগী মীৎয়েংনা
লাম্থোক্লগে মপাসে থাংঙমদ্রেনে
নীংশিংলরোই মিকুপ কাউঙমদেনে
ইপাঙ্গলগী ইথৌনানা ঈপাক্ত থোংবু শাদুনা
পূক্লিং অসিনা নৌরেল ওই
হকচাংসিমক্লা হীরেল ওই
য়াইবীরেল অসিনা হীথক্তা তোং
খোঙদোইজরক্লিবা নচাবু থৌজানবীয়ুকো
পুনেমজরি য়াইবীরেলসিমক্লা
কোংয়াং চৈশু তীংনা তাবগুম,
হাদ পন্থৌ, হাদ পন্থৌ লাইওইবা !

ইম্ফাল,
তাং ২৯-০৩-২০১১

*তোল্লবা নচা*
ববা ডা : থাংজম মুনিন্দ্রো

# ৱাহৈ অমনীদং



পষ্টৌগী চীংলেম্লবা খোরজৈদগী থোক্লকপা ফম্বাক কুম্মৈগী ময়েক "নুংশিনবনা- ইংহনশি" তশেংনমক তাইবঙ মপুনা তাইবঙদা পীনবীরকপা, তাইবঙনদি মীরাইবীরবা নুংশিনবা হায়বা ইহুল অসিগী থোৎলবা পাউজেল অমনি হায়বা তাই । মতমগী মৈবা- মরক অসিদা ইংবা তপ্পা নাক-য়েৎ অমা শেমশি হায়বা তারবদি নুংশিবা অমদি নুংশিনবা তঙায়মক ফদনা চঙই হায়বা অশেংবা ৱাফম অসিনা পোল্লোইনবা ময়েক অসিনা হামচৎনরবা হাপোই- হাপোইরবা পুন্সি অসিবু য়াইফমিন্নবগী মায়ওন অমদা পুরক্লবা পোরম অমা য়াৎলি । 'ঐ' 'ঐ' দা ফরবদা লেমহৌরিবা 'ঐ'না ফরোইদবগী ৱা লৈতে । ঐ অমনা ঙাল্লবদা পূম্নমক ঙানগদবনি । ঐনা মুশিন মুরগা অতৈদা পাশোৎ থিরুবা কান্নরোই। ফজরবা লমথুংনি । লমথুং অসিদা পান্দমলিবা কুম্মৈ অমনি। পাবা য়াবা পোখোক অমনি ।

ফম্বাক কুম্মৈ অমগী মীৎয়েংদা য়েংবদা নোপ্লপ তৌবা মতাং খরদি অদুম মরৈ। নৌরীবা খোরজৈগী হৌনবনি । খোঙথাংনা লেপত্রগদি মরীক হেন্না চুন্নক্কনি। থমোয় অমদি থৱায়গী পাউজেনদি ঈপাক্লি । মখা মথং মথং থোক্লকপা ওইসনু।

এলাংবম দীনমনি

*গেস্ত ফেকলটি*

মণিপুরী মশঙ (দিপার্টিমেন্ট)

মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল

কাঞ্চিপুর,

মার্চ ২৫, ২০১১ ইং

# ব্রাহ্মে অমা অনীদং



থৌজানবিয়ুকো পম্বৌ

লাইওইবা পম্বৌগী "নুংশিনবনা ইংহনশি" হায়রিবা দ্রামাগী লাইরিক অসি পম্বৌগী থৌজান্দগী অনীরক অহুম্লক প্রেসতা লৈরিঙৈদা পাজরে। যাম্না খণ্ড-হৈরে খঞ্জদুনা লাইরিক অসিগী বানানগী অশোয় অণ্ডাম য়েংবা নৎচদে। পম্বৌগী য়াথং ইঞ্জবনি। ব্রাহ্মে অমা অনীদং লাইরিকসিগী মরমদা ফোঙদোকচরিবসিসু পম্বৌগী য়াথংদগীনি। মীওইবা অমসুং লাইওইবগী ময়াই অনী তুনা য়াওরবা পম্বৌগী খূদোল ওইবনা তোপ-তোপ্পা মহাউ অমদি ফংই। পম্বৌগী থৌজান্দগী হৌজিক ফাওবদা পাখ্রবা দ্রামাশিংদগী খেন্নবা ফংবা মহাউ অমা পম্বৌগী "নুংশিনবনা ইংহনশি" হায়বসিদগী ফংবা ঙমজে।

লাইরিক অসি সিন ১৩না শান্নবা তেস্তক তৌবা ইচম চম্নদি উরগা মতিঙ লৈবা মহাউ অমদি পীবা ঙম্বা হৌজিক-হৌজিক ওইরিবা নুংশিনদবগী য়েংথিনবগী তীলনা তপ্প- তপ্পা চীকথৎতুনা অফবা, নুংশিনবা অমসুং ফিদম্নিংঙাই ওইবা ইমুংগী মশীং থীবদা ব্রারবা ঙসিগী তাইবঙপান অসিদা পম্বৌগী লাইরিক অসি তশেংনমক লমজিং মৈরানি। দ্রামাগী মচললোমদা পানশিন্দুনা মীৎয়েং থমজনবগীদি ইতিক- ইপা চাজদ্রি। অদুবু লাইওইবা পম্বৌনা থৌজানবিনীংলিবা পূক্নিংলোন অসিমক তশেংনমক মপান নাইদ্রবা মঙালগী মশক্নি হায়জনীংই। মচা- মনাই ওইবা তাইবঙ মীওইববু অফবা ফিদম্নিংঙাই ওইবা নুংশিনবগী লংলানা পুনবা পামজবা অচৌ- মচা খায়দ্রবা পম্বৌনা পামজবা ফোঙদোক্নিংবা ব্রাখল্লোন্দুমক অপাবশিংদা লায়না খঙহনবা ঙম্বা লাইরিকনি।

লাইরিক অসিগী মতুংদসু অসিগুম্বা মমল য়াম্লবা লাইরিক কয়া পুথোকপীদুনা তংদু-লৈতানা হিংবদা ৱারবা মচা- মনাইশিংবু লৌশিংগী মৈরা থানবীদুনা নে- না তাবা পুক্সি মহিং অমদা হিংহনবীনবা থৌনিজরি।

তাং ১২।৪।২০১১ ইং
শজিবুগী ৯নি পানবা

ডা তোইজম তম্ফা
*এসোসিয়েট প্রোফেসার*
মণিপুরী মশণ্ড
মণিপুর তাইবণ্ড মহৈকোল,

# পম্ভৌ থৌজানবিয়ু

## থৌগনচরিবা নচাগী পূক্নিং



অহৌবদা লাইওইবা পম্ভৌবু খুরুমজরি। লাইওইবা ইপা পম্ভৌগী "নুংশিনবনা ইংহনশি" হায়রিবা দ্রামা লাইরিক অসিগী মরমদা ৱাহৈ খরা ফোঙদোকচরিবা নচা ওইবা ঐগীদি মপাল নাইদনা নুংঙাইজবনি।

লাইরিকসিগী লমদা ফোঙদোকচরিবা ঐদি সাহিত্যগী মীসু নৎচদে। নত্তে হায়রিবা ঐসু লমসিদা নকশিল্লুদবনা লাপ্তক্লা লৈজরুবা ঙসিনা অমুক নকশিঙ্গবরুবা। চুন্নতগী সমাজ অসিদা থোকাখিবা থোকহনীংবা থৌদোক ৱাথোক ময়াম অসিদা ৱাজবা মীশক অমনি।

লাইওইবা পম্ভৌবু অমসুং পম্ভৌগী মমল নাইদ্রবা মীওইবদা পীরিবা য়াইগী মশক ওইরিবা লাইরিকসিবু মশক খঙবা অরায়বা অমদি নত্তে। মসিদি য়াম্না লুবা অমদি পুকচেল শেংনা কথোকপা চঙবা শিন্থা অমনি। ইশামক্তি ইতিং তিংনা লাইওইবা পম্ভৌবু নিংজবা মীশক অমনি। ইপাবু মশক খঙনবা হোৎনজবা অমদি ইপাবু মশক মপুং ফানা খঙজদ্রবা মীওইবা অমনি।

ঐনা ইপাগী মরমদা খঙজবা খরদং পঙ্গবা তারবদি ইপা পম্ভৌ মীওইববু অচৌ পীশক খাইদনা, লায়রবা ইনাকখুনবা খাইদনা নুংশিবা, মীওইবগী য়াইফন্নবদা খনজরিবা মীওইবা লক্তা লৈবা লাইওইবা মীনি। নোংমগী মতম অসিগী শরুক খরদং পোত্থাবগী মতম লৌরগা অরেম্বদি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক কথোক্লবা লাইওইবনি। ইপা পম্ভৌদি মপুং মরৈ ফারবা নাৎকী অমসুং মৈতৈ কলচরগী মহৈ লোইশঙ অমগুম্বনি। হীরম অসিদা ৱাহং খুদিংগী মীওইবদা পীবা মপুং ফাবা পাউখুম লৈ। ইপানা পাউদমবিবদি অৱাৎপা য়াওদবা লোয়বা নাইদবা য়াইগী ঈফূৎকুম্বনি। মীওইবা ঐখোয়না খুনজিনবা ৱাৎপা অমসুং হৈতবগী ৱাদনি।

ইপা পম্ভৌগী "নুংশিনবনা ইংহনশি" হায়রিবা লাইরিক অসি অতেনবা মতমগী মনুংদা অচিনবা পুংফমগী মরক্তা ইপা পম্ভৌগী ৱাখন্দগী চেন্থরকপা য়াৱাগী ঈচেলবু

লাইফমগী ইচা মেমচা (ময়ামগী ইচে মেমচা) না খুনজিঞ্জদুনা ‘ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুট’না লাইরিক ওইনা পুথোকপীবনি।

লাইরিক অসিদা সমাজ অসিদা থোকপা থৌদোক- ৱাথোক অমবু য়াম্না শেংনা ইমাঙদা থোকপদৌনা য়েকই। ঙাঙনরিবা ৱাহৈ- ৱাতা কাচিন কোয়া য়ৌই। য়াম্না ফজনা নান্না চৎলি। ইমাঙদা থোকপদৌনা তৌই। ফজৈ, তাবদা নুংঙাইহল্লি, কপহল্লি, নোকহল্লি। ইপাগী থৌজান্দগী লাইরিক অসি ইরিঙৈ মনুংদা খুমনগী পুংফমদা ইপাগী য়াথংদগী লাইফমগী ইচে মেমচানা তাংকক নাইনা পাদুনা লাইরিক অসিগী মহাও- ফংজহৌই। শক্তম লাংলিবশিংনা ফোঙদোকলিবা অসি মপুং ফাই। মতাং অসিদা ঐঙোন্দা ফাওজবদি পন্থৌদি থোঙ্গাল ৱাংমা লানথোক্তবা লাইওইবনি। অসুক ফজখ্রবা শক্তম লাংলিবশিংবু মতৌ করম্না য়েকলিবনো? ৱাহং অসিগী পাউখুমদি মী মরক্তা লৈবা লাইওইবা মী ওইবনা ঙস্নবি হায়বা অসি নত্তবা পাউখুম অমা থোরকউ হায়বা য়াদে। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা মীওইবা লক্তা লৈবা লাইওইবা পান্থৗনা মীওইবদা পীরিবা দান।

লাইরিক অসিবু পুথোকপদা মরুওইবা থৌদাং লৌবিখিবী লাইফমগী ইচা মেমচাবু থাগৎচরি। মতেং পাংবীখিবশিং মরুওইনা বনানগী অশোয় অঙাম য়েংবিখিবা শ্রীএলাংবম ওজা দীনমনি অমদি ঐগী ইনাওনুপী শ্রীমতী তোইজম নিঙোল ৱাইখোম ওংবী তম্ফা দেবীবু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা ঐঙ্তা ইন্টরপ্রাইজেসকী প্রোপ্রাইটর শ্রী কে. নিলাচন্দ্র শর্ম্মগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচরি। লাইওইবা ইপা পন্থৌগী ময়েক্তদি বনানগী অশোয়বা অরানবা য়াওখিদে অদুবু খুনজিঞ্জবা ঐখোয়না ৱাৎপদগী য়াওখিবা অরান- অহুইদি মথংগী খূৎনমদা শেমদোকচগনি।

লাইরিকসিদা ‘নুংশিবা’ হায়বা অসিনা মীওইববু শাউহন্দে, ধর্ম্ম খায়দে, অমগা অমগা তুং কোইনা পূন্না হিংমিন্নবগী অফবা লম্বেল অমনি হায়বদু তাকই। নুংশিবগী লীপুন্দগী হেন্না কনবা লীপুন অমা লৈতে হায়বা উৎলি। অফবা চান্ন- চিন্ননা হিংমিন্নবা য়াবা সমাজ অমা শেমগৎপদা ‘চীংলেম্বী’ অমসুং ‘শিলহৈবা’ গুন্দ্বা মীওইশিংগী থৌদাং য়াম্না চাউই। হয়েংগী অফবা সমাজ অমা শেমগৎনবগীদমক ঙসিগী ঐখোয়না চীংলেম্বী অমসুং শিলহৈবা ময়াম অমা শাগৎপা চঙই।

তাং ১৩।৪।২০১১ ইং
শজিবুগী ১০নি পানবা য়ুমশকৈশ

ববা ডা থাংজম মুনিন্দ্রো সিংহ
পিঐচডি. (ইকো.)

# পম্মৌগী
# নুংশিনবনা ইংহনশি

ৱাহৌদোক:

মৈহৌরোল লাই হাক্তক্কী ৱারীরোল কয়ানা, মলেমসিগী ফম্পাকথক্কী কুম্মৈগী লৈচল পরেং কয়া- কয়ানা মীওইববু নীংশিং খূদম ওইদুনা মীৎ পাঙহল্লি। তাইবঙপানবগী চৎনবি অমগী মমি অমা লাকশিনবা ঙম্নবগীদমক্তা মালেম ফম্পাকথক্কী কুম্মৈ, লৈরাংগী নচোমগুম লৈচল চবুল অমা খঙহৌদ্রবা মীৎকুপ অমখক্তা ইনীংলকপা পোকখি। ইদোম তরকখক্তগী পূক্লিংলোনগী ৱাহং পাউখুম লৈচলনি। নুমিত্তুদসু তাঙ্কক অমা ওইখি।

মিংলেনসু অসুম্না মথোনখি— "নুংশিনবনা ইংহনশি" হায়রিবা দ্রামা অসি মীওইবগী মীনোক্কী লৈচলদা পূক্লিং ৱাহম্থোক লেপ্পা ঙমগনি। তাইবংপানবগী ওইনদি ওইমিন্নসি, পাবিরিবশিং, য়েংবিরিবশিং পূম্নমক, 'ঐখোয়গী লৌশিং।'

অইবা

# য়াওরিবা মীওইশিং

নুপা :

১। তোমথিনঙানবা: চীংলেম্বা, পূকচেল চাউবা, লৌশিং লৈবা মীওই। চহী ৪৫মুক।

২। শিলহৈবা : তোমথিনঙানবগী মনাও। চহী ৩৫মুক

৩। তেলহৈবা : থরাকলৈমগী মচানুপা। চহী ৩৮মুক

৪। তম্ফাজাও : খুঞ্জাগী অহল অমা। চহী ৬০মুক।

৫। তোলেন : খুঞ্জাগী অহল অমা। চহী ৬২ মুক

নুপী:

১। চীংলেম্বী : তোমথিনঙানবগী নুপী। চহী ৪০মুক।

২। চেংলৈলৈমা : তোমথিনঙানবা অমসুং শিলহৈবগী মচন্নুপী। চহী ২৫মুক।

৩। থরাকলৈমা : ইনাকখুনবী লুখ্রাবী। চহী ৫৫ মুক।

৪। পাম্থোইনু : থরাকলৈমগী মচানুপী, তেলহৈবগী মচো। চহী ৩৩ মুক।

# অহানবা উৎপা

*(তোমথিন ঙানবগী য়ুম। অয়ুক। চীংলেন্বী, নুপীওইবীগী গুণ চপ চানা চেনবীনি। মপুরোইবা তোমথিন ঙানবগী লায়রনা-নংনা লৈজবা ইমুংসিবু অমুক্তং মী ওইনবা য়ুমপানবা ঙমজরক্লবদি হায়দুনা, লাইথোঙ শুবমখৈ খুরুমজৈ হায়বদুনি। মশামক্তি য়াম্না নুংঙাই- য়াইফকোনগী নিঙোলনি। নুমিৎসিসু অয়ুক ঙন্না হৌগৎলগা তাইবঙপানবা মপুবু মৈরা ধূপ, হৈ- লৈ ঙমজবা কত্তুনা পুনেমজৈ।)*

চীংলেন্বী : হে তাইবঙপানবা শেন্বীরিবা মপূ, লৈয়েং অনীশুনা খৎলরোই, মিংলেল হোংনা কৌররোই, হাদ পন্থৌ, ইমাগী হৌফমশুনি, ইপাগী হৌরকফমশুনি, পূম্নমক্কী হৌরকফমনি- হাদ পন্থৌ, থৌজানবিয়ুকো ইপুরোইবনা মীৎনা উবা লাইনিদো, নুংশিরবা, পলেম কৌফম লৈরমদ্রবা, পন্থৌ কৌফম লৈরমদ্রবা ঐগী ইনাও অনীসিবুসু থৌজানবিয়ুকো।

*(মচন্নুপী চেংলৈলৈমা চঙলকই।)*

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, করিনো লাইবু অদুক য়াম্না শাংনা খুরুমমিবদি, লাই ময়ামদো লোইনা লাক্লবদি, ইনম্মা নঙনে কৌরকপদা খূন্বা ঙমজরোই।

চীংলেন্বী : থীদা মসিগী অঙাংসিদি, ঙাইহাক্তং মীৎসি উইশিন্দুনা ইনীং- তম্না লাই খুরুম্বফাওবা হেক ঙমদে। নঙসু লাওদনা, খুরুমসি লাও, লাই ময়াম্না ননম্মনা কৌবদা লাকপীরগবু ঐখোয়গী ইমুংনা করিগী ৱারুনি হায়বগে?

চেংলৈলৈমা : তল্লি, তল্লি, ইনম্মনা অদুম খুরুম্মু, ঐদিনে ঈরুজবা য়াম্না তল্লি।

চীংলেম্বী : নুপী ওইবী ঐখোয় হায়বসিদি, নোংমগী ঈরুজথোক্লুনা চন্দন মচেৎ অমা লাইবকসিদা নমজবা, অমনবা ফি ওইজরবসু শুদোক্লুনা শেংনা শেৎপা হায়বসিদি নুপী ওইবী ঐখোয়গী তৌফম থোকপনি, ইচনসু নোংমদি মীগী ময়ূমদা মৌ ওইখিবদা অমত্তা হেক কাম্বোকপা য়ারোইদৌরিবনি, ইনম্মনা তৌরিবসে নহাকসু তমশিল্লুনে।

চেংলৈলৈমা : *(কপ্লি - কপ্লি তৌরগা)* তল্লি, তল্লি, মাগী হৌনবিসে হেক্তা হায়রক্কনি। হেক তৌবগা নয়ূম পানবা, য়ূমগী মৌ, ঐনা য়াম্না তল্লি অদু হায়রক্কনু হায়রগা। ঐনা ইনম্মগী মনাক্তা লৈবসে লৈহন্নিংদবরা? ইমা লৈত্রবসু ইমানি খল্লগা ইনম্মা লাকপদা কংয়াগী মতিক হরাউজে।

চীংলেম্বী : *(মপূক্লিংদা তিং লাউনা পানবগী মওংদা)* অঙাওবী, মদুগীদমক্তা কপ্পা হৌনবরা, ঐসু ইচনগুম্না নিঙোল ওইদুনা য়ূমদা লৈরম্মিবনি। ঙসিনা নঙগী ননম্মা ওইদুনা লাক্লিবসিনি। ইচন্না হায়রক্কনু হায়রগা হায়দ্রগা লোইরেদনা মদুগীদমক কপ্লনুসে।

*(অসুম্না হায়র- হায়রগা মচনগী মশম নাম্থবি তাঞ্জাদুদা শিলহৈবা চঙলকই ।)*

শিলহৈবা : ইতৈমা, করি হায়রিনো? ঐখোয় ইবেম্মনা শোয়দনা ইতৈমদা চৈবিরম্মনি। ইতৈমা, নহাক শাউরিরো? ইতৈমা, ঐ কৈদৌরকউগে, ৱাই তৈরকউরা, ঈশিং শোক্লকউরা?

চীংলেম্বী : *(নোকফেৎ তৌরগা)* কেদৌবগী চৈদৌরিনো? নোংমফাওবা চৈদেদা ঐঙোন্দা, ঐনা করিনোমা হায়রুরে অদুদা মানা কপ্লিবা, ঐসু নুংশিদুনা কপথোকপা। করিগী ইনাওনা ব্রাই তৈগনি? করিগী ঈশিং শোক্কনি, হৌজিক্তি নতৈমা ঐ লাক্লবসিদি।

চেংলৈলৈমা : ঐদিনে, করিসু চৈজদে, ইনম্মা ঐনা চৈখিদেকো। ইনম্মগী মতেং পাংবদি ঐনা হেন্না পাংঙি, ঐখোয় তাতোন্দি তাচৌনা য়াম্না লুনা তৌই হায়দুনা অদুম কেরগা লৈবনি।

শিলহৈবা : করি হৈরেহে, নঙনা ইতৈমাগী মতেং কয়াম্না পাংঙদনা, নুপীনে হায়রগা ঈরুজনিংদবী, মমায়দদি পাউদর থানি খঙ্ডি, মখোঙদি শুকহাম হামদবনি, ঐখোয়দিনে ইতৈমগী মতেং য়াম্না পাংজাৎনি।

চীংলেম্বী : শিলহৈবা নঙসিমা, অঙাংগা মান্নদৌরেদো, অঙাংসিদা খৎনবা হৌরিসে য়েংঙো।

চেংলৈলৈমা : নঙসু নকোক তুম্মগা তোকপদো, থাউ তৈশিল্লগা ঈরুজবা শাবদো শেৎলিবা ফুরিৎ খোঙ্গ্রাওদো তুম্বদসু অদুম শেৎপা চথোকপদসু অদুম শেৎপদো।

শিলহৈবা : হো লৈকাই- লৈকাই, ঐখোয়দা ঈরুজদবী অমা লৈরে, ঐখোয় ইতৈমনা লাই খুরুমজরিঙৈদা ঈরুজদবী অমনা শোক্লগা মাংথোক্লে।

চেংলৈলৈমা : ঐনা কদাইদা মাংথোকই?

*(হায়বা লোইরম লোইফাৎত্রিঙৈদা ফৎ চেনশিন্দুনা মবুংগী মশমদো ফোইরুই, মতৌদুদা মবুংগা মচন্নুপীগা ইন্নরকই।)*

চীংলেম্বী : থাদোক্লৌনহে, তোম্বা নঙসু অঙাংসিদবু, বেম্মা নহাকসু নবুংদা ফুবা হৌনদেনে, মশমদো থাদোকওমি, নখোয় তাচৌ থোক্লক্লবদি নখোয়নিমক চৈ চাবা তারেমি।

তোমথিনঙানবা :হায়,(তোমথিন ঙানবা চঙলকপা)কনা কনানো খৎনরিবদো? তৌরদবনি মখোয় অনীসে ওইরম্মনি, হূইগী হৌদোংগদৌনা তৌরদনা মসিগী অঙাং অনীসে।

*(ময়াম্বনা লাউরকপদুদা খৎনরম্বা অনীমক ফং থাদোক্লে, মনম্ম-মতৈমগী মতুংদা লোংলি।)*

চীংলেম্বী করিসু তৌদেদা, খৎনবা নত্তে, মচিন-মৌপ্পাবু নোং ফাদোকসু শান্নজসনু, অঙাংঙাক্তনি কৈনো?

তোমথিনা হৈরেহে, হৌজিক খৎনরিদুবো নমাংদা? য়েন কাউনরিরো? মখোয় অনীসে ফুরগা ফগদৌবনি, লমসে ওন্থোক্লা হেনখ্রবা?

চীংলেম্বী কৈদৌবগী ফুগদৌরিবনো? অঙাংবু ফুর ফুরগা ব্লারকপা হৌন-রো? ঐখোয়সু অঙাং ওইরক্তবদৌনা হেক তৌরদনা মখোয় তাচৌসিমা।

চেংলৈলৈমা : ফুনিংখ্রপোৎনি ইনম্মা ঐখোয়গী তাচৌসে, মশকসিগা য়োং মশম হৌদবা হেক মাল্লদনা।

চীংলেম্বী ইবেম্মা, কদায়দগী হায়দোরক্লিবনোনহে, নখোয় তাচৌসে য়োং মশম হৌদবা মাল্লে হায়বা। *(নোকপা)*

তোমথিন খঙদেহে, মাল্লবরা ঐসিবু, নোংমত ফাওবা কোকসিবু মিংশেল য়েংদ্রবনিনে। অঙাংনা হায়রবদি চুম্মী হায়বদাইনে, মাল্লম্মনি।

শিলহৈবা তাচৌ মান্দে, লৱাইদা শমবুদি খরা হৌদে। অদো অদুম নুপানি. মান্নিকো তাচৌ।

তোমথিন হোয়দহে, ইনাওনা হায়রিবসে চুম্মী নুপীনা মশম হৌদ্রগবু .......। *(ফাক ফাক নোকথোকখিবা)*

চীংলেম্বী ঐখোয় ইবেম্মনা ঙসাইদা হায়রিবনি মখোয় তাচৌনা য়াম্লা লুনা তৌবনি। ইবেম্মা, ঐখোয় অনীসু পুনশিন্সি নুপীনিনা, নুপানকা হন্থনা য়েংবকাসে য়াহল্লোইসিকো।

তোমথিন : ফরে নখোয় অনী পুল্লোকো, ঐখোয় অনী পুল্লগে হৌরসিকো থবক। নখোয় অনীনে অদুম মুক্কুনা লৈয়ুকো নুপানা হন্থনা য়েংঙক্কনবা। অদুদগীদি নুপাননে থক্লনবা চা লৌথোকউরো, য়েংবা নত্তেকো ওর্দরনিকো, য়াদ-লাক্তা য়াপোত্তে।

চীংলেম্বী : ইবেম্মা লাওহে, করিদি উপাই লৈ? নাকল অমদা মুকচরিবা হায়দুনি, লাকও চা লৌথোকউরসি *(চঙখি, মচন্নুপীনসু মনম্মগী তুংদি ইল্লবসু ৱাহৈ খরদি লাউরম্মী)*

চেংলৈলৈমা : ফৈ, ইমুংদনা ঐখোয়বু শীজিন্নজৌ, নিঙোল চাক্কৌবদনা নিঙোলগী চাননবা চাক পিবানা থোংবনি। মীমাঙ থোক্লা খোঙ্গাইনগেকো, চোপহনগেদো। চা লোলফমদা চা লৈবনি, পুথোকপদি ঙল্লোই।

তোমথিন : শিলহৈবা নচননা হায়রিসে, মাগী মরৈ খঙঙেদনা চঙউরসি, থকউরসি। অমুক খৎনদৌ শরুক মমৈদা হায়রম্মিবদো খঙঙেদনা- নিঙোল চাক্কৌবদা মীমাঙ থোক্লা চোপহনগে।

শিলহৈবা : তল্লে, মানা সুম ঙম ঙম লৈ।

তোমথিন : মসিগী অঙাংসিদি পঙঙিনহে, লাকউনে, নুংশিদ্রা নখাদা ননাও লৈবরা? নচলসিমখক্তনিনে, মবূং অনীগী মরক্তা কেজববু কেজসনুনা।

শিলহৈবা : অদুবুদি চুম্মেবা তাচৌ, ঐনা তৌবা অরোৎপসে মানা হেক্তা হায়দোকপা।

তোমথিন : লাকও, লাকও, ফুরুরনু চঙঙসি। (*চঙমিন্নখি।*)

*(ফীজঙ)*

## ২শুবা উৎপা

*(থরাকলৈগী ফজবা য়ুম। থরাকলৈ, মপুরোইবা লৈত্রবি, লৈত্রগসু মঙোন্দা করিমত্তা চিংনদবি ফিয়োনবীনি। ফিয়োনবসিনা মথৌ ওইবী, কৈথেল ফম্বী অওক-ওকথোংদা মীনা লাকচবা ঙমদবী, মফি শেৎপদা লম য়ৌনা কেবী, মশক মতৌ ফজবী, মচ্ তাবী, চন্দল লংনা থিনবী, শমজি মমৈ থাদবী, মৈতৈ ফিদি অদুম ইল্লি। মচানুপী পান্থোইনু কৌবী চীংলেম্বী অমদি য়াওই, লাইরিক হৈ, মচানুপা অতোম্বা তেলহৈবা কৌবসিসু য়াম্না ঙাওশিন্নবা নিশাসু তপ তাখে মখল মখল চাবা ঙম্বনি। তেলহৈবা য়ুমদদি লৈ, মতমদি নুংথিল পোবোবনি। ঙসিসু য়ু থক্লগা হল্লকই।)*

তেলহৈবা : (লাউরগা) হায়! করি সরকারনো? ইভিক্সন, ইভিক্সন মীগী ময়ূম থুগাইবগা কোথোকপগা, ঐনা চৎলিবা লম্বীসিদি করিগী চুমহনবা ঙমদে। সরকার অমা লৈরগা লম্বীসিবু মখা অমুক হাই, অৱাং অমুক হাই, ফৈরেংগ তুরেংগা সুম হায়না শেম্বা হৌনবরো? নবুংঙো ঐনা সরকার পায়রবদিবা লম্বীসে শিৎ নালহনগনি কোংয়াং চৈশুগুম্না তিংহনগনি।

*(থরাকলৈ কৈথেলদগী হল্লকই।)*

থরাকলৈ : এ: করিনো ঙাংজশারিসিনা, মসিবুনে তপ তানা ফুদেকপীনবা মীসে লৈত্রবোরেদকো। ইস, সরকারগা চৈজ- শারিনে, মচিঞ্জাক্তি ৱারকপা ঙমদ্রগা, মানা হাইরগা লম্বীনা হাই কায়না হায়জ শারিনেসে।

তেলহৈবা : হৌজিক হৌজিক পায়রিবা সরকারসিগী রুলিং পার্টিরো? ঐবুনা ওপোজিসন তাহনগে হায়বিরিবরো? ঐগী ইমা অপোকপীদো ওইরিবরনে?

থরাকলৈমা : হো নঙগী নমা অপোকপীদুদিনে শিখ্রবনে শিখ্রবা নঙগুম্বা শক্তাথি নঙনা 'ইমা' কৌরকপদো কৌরক লাক্লক্কনু। মীগী মমাঙদা ইকায়জে, নোংফুং ঙানবদগী নুমিৎ তাবফাওবা থবক শুগেদি হায়দ্রগা য়ু থক থক্কুনা ...।

তেলহৈবা : ঐখোয় ইমা শাউরে, শাউনিসু ঐ খঙগি, ইমানা হায়রিবসে চুম্মী- ঐ য়ু থকই। মচা ঐ ফত্তে, ইমা ফৈ, ফৈকো ইমা, নচা ঐ লানজরে। করিগীনো ইমানা ঙন্তা হনবীরকইসিবো, খঙলম্লবদি ঐবু থকখিদ্রো, নচাবু ঙাকপীয়ু, ঙাকপীয়ুকো।

থরাকলৈমা : চৎলোহে, ইকায়খঙদবা, ঙাকপীয়ু হায়বসিনা হৈখ্রে কনামগীবু মতৌ তম্মীবনো? মখূৎ অনীসে হেক লোন্নরদনা, মনম মহা হেক ইনম নম্মদনা ইমাকাসু হায়জশারিয়ে, হায়রক্কনুকো নঙ কৌরক্কনু।

তেলহৈবা : কৌরক্কনু হায়বদি চিনসে ফোৎচিনবিরো, চখোকহল্লোই হায়রগদি ইখোঙসে থুদেকপীরো। নচা ঐবু নুংশিবিদ্রবসু 'ইমা' হায়বা মীংগৌদুদি কৌজগেনে পলেম ইমা। ঙাওজরবসু ইমা লাক্কনি খন্দুনা ঙাইজরল্লিবনিনে।

পান্থোইনু : ইমা, *(পান্থোইনু চঙলকপা)* হেক লাকপগা লাওনরিবদুবু শুমাংদুদা, করিগীনো ঙসি ঙন্তানা হনবিরক্লিবসিবু? নুংতিগী সুম তৌদুনা লৈরবসিবু, ইবুংঙো নঙবু ইমাদা করি হায়রুরগে?

তেলহৈবা : ইচে, ঐ করিমত্তা হায়দে, নিশানা ঐনা চারগা, ঐখোয় ইমানা ঙাওরিবা। হেক লাকপগনে য়ূমগা য়ৌহন্দ্রিসিনি, নৌপ্পা লান্দে, ঐখোয় ইচে নুংশি।

থরাকলৈমা : হে: নখোনজেলদো তানিংদেনহে, খোইদৌ অসে প্রোক - প্রোক চাকখৈ শাউনিংঙিদকো। নোং ফুং ঙানবগা চরা হেন্নিকো, ঐনা চৎত্রগদি চাকখুম মৈ মুৎনিকো হায়দুনা উচেক তাদ্রিঙৈদা কৈথেলদা ঐনা হান্না তারে। ৱারেমখৈ হনজিল্লকপসিদা থবক- ইনখাং লোইশিন্দুনা নে- না তানা লৈরম্বসু নত্তে ...।

পাম্বোইনু : ফরেসে ইমা, শাউরগা করি কান্নদৌরিবনো? পংঙাং- ঙাংঙগা মীগী মমাঙদা ইকায়দ্রো? মাগীসু ফরকপা নুমিৎ লাকচনি; ইবুংঙো নঙ চঙখ্রো চৎলো, ইমানা ঙাংঙগা নঙনা সুম লৈরদনা।

তেলহৈবা : খঙনদ্রবা মীসু নত্তনা, ইচে। খঙনদ্রগদি খুম্নে ইদবা ঐসু, ঐবু পোকপীরিবা ইমানা ওক্ত- শিংদা ৱারকপবু করিগী খুম্মোইদৌরিবনো? থক্লসু চারসু, তারবনিনা ঐসু খুম্লিংঙেবা।

থরাকলৈমা : ঐনে ঙসিনে, য়ূমসে হেক থাদোক্লগনে ভারাদরা করিনো অমদনে লৈখ্রগনে নখোয় খঙগদবনি। চেঙ কে.জি.দনা লুপা ২০/৩০ য়ৌশিল্লক্লে। ঙাওশিন্নরিনেনা অঙাংমচাসু নত্তনা ইপক হেক পক্ত্রদনা, চারুরনু-থক্লুরনু, ময়াইকাবা চিঞ্জাক হায়বসে, কয়ারক হন্না হায়।

পাম্বোইনু : ইমা অথকপদসুনে ঐখোয়না পংশাও শাউরে। ইমুংসু মহি লাংঙে, করিনো ঐখোয় লৈকায়দা তৌরিবসিবু? নত্তে, আদ মাগী মাগী খুন্দা করিদা য়োনখিবদুদি করিসু কায়দে। মাগী মাগী চৎনবী ওইরমগনি খল্লসি। অসিদগী তা রঞ্জিৎ হায়সিগা, ইনম্মা বিনাগনা য়ু য়োল্লে, শাসু য়োল্লেমি মৈতৈ খুল্লকসিদবু।

তেলহৈবা : চুম্মী ইচে, ঐনে আদদি লুপা ১০ পায়রগা চৎলোইবা। অদো, অদো ঐখোয় ইমাননে ভাব তাদেবা। খোঙকাপ অমা অনীখক্তং চৎলগা য়ৌরবনিনা ঐনা ঙসি হোৎনরুরিবসিনি।

থরাকলৈমা : ফৈ, ফৈ, ইচা ব্রারকপা য়ারক্লবদিনে মীগী মচাদো থবক তৌরুরগে, হৌজিক খোঙ্গোইনগেবা। হেরা, থরাকলৈ ঐগী ইগুণ খঙহনগেদো। শে, পোৎচৈশিংসে পুশিল্লু। য়ু থকপা নঙসুনে পেল্লোকো।

পাম্বোইনু : ইমা, ইমা অমুক্তা তপথখো কৈদৌগে, নথন্তনে লাউখোংদুনা তৌরুবা হৌনদে, লৈকাই ইমা ইচাশিংসে পূনশিন্নদুনা ক্লব য়াওহল্লু, লৈকাইসিগী ইমাশিংদো অমত্ত ওইনা পূনশিল্লগনে ফৈ নৎত্রগা ফত্তে হায়বদো ভাব তাহল্লগদি মীসু খঙজনি। অদুদি নত্তনা হেক্তা লাউ খোংঙুরগা নচা ব্রারকউ হায়রক্লবদি করি হায়না খুমদৌরি।

তেলহৈবা : অদুসু ইচে চুম্মী, হেক লাউ খোংঙুরো, মীগীসু মচা থাকচরিনিদো। পোৎয়োন পোংপুদি মান্নদবা, ইমানা ফি য়োনবগী ব্রানি, মখোয়না য়ুগা শাগা য়োনবগী ব্রানিবা। মসে করিসু কাইপোৎ নত্তেদা, খন্থনবনা ভাব তানরবদি ঐখোয় ইমানা ভাব তামন্দবদগী তৌবগী ব্রানি।

পাম্বোইনু : ইবুংঙো তেলহৈবা করিনোনহে নঙগী নচিনসিবু। ইমানা শাউরিসিদা নহাকসু ঙাইহাক্তদি তুমিন্না লৈয়ুদনা চৎখ্রো চৎলোমি। ইমানা অমুক হৌরক্লদি, নঙনে শোয়দনা চৈ চাররনি।

তেলহৈবা : মদুনা ফরদরা ইচে, ইমা, ঐ চঙজরে। *(চঙখিবা।)*

থরাকলৈমা : হে খোয়ুম লাই! নমোম ঐগী অব্রাবসিবু করম্বা মতমদা কোক্কদগে? ঐগী ইচা অতোম্বসে, নিশা হায়বসিদদি অমুক্তং থক্লিং চানিংবা পোকহনবিরনু হায়না খুরমজবসে লাইসে লৈত্রবোইদকো, নমিৎ তাংঙবোরেদকো। ঐনে লাইকাসে শুকখু- খুরম্মরোই, মৈরা থাউমৈগা কৎলরোই, মমিৎ তাংবা লাইবু ঐনা কৈদৌবগী খুরমদোইনো?

পাম্বোইনু : হৈমা, ঐখোয় ইমাসিদি ঙাওখৎলকএদনো, য়ু থকপবু, নিশা চাববু তোকহনদে হায়দুনা লাই লৈত্রবরা হায়রিবসিবু, লাইওক-তিনওকপনি হায়বসু নত্তনা। লাইদা তাইনগনু, ঐখোয়- ঐখোয় ইচানা ঙাওশিন ফৈশিন্নরগা লাইদা হেক্তা তাইনৈ।

থরাকলৈ : খঙখ্রেদা, হৈখ্রেদা ! ঐখোয়সে নখোয়নমুক পোকপীরোনে ইমা- ইবেন ।

পাম্বোইনু : কৈনোনহে ঐঙোন্দা ওনশিল্লকইসিবু, কান্নদে ইমা চঙলসি, চাক- ঈশিং থোংনবা থৌরাং ঐনা লোইনা তৌরম্লবনি। ইমা ন্বারনি হায়দুনা, ইমাগী খোঙ- খূৎ হাম্লনবা ঈশিং অশাবসু থৌরাং তৌরম্লবনি।

থরাকলৈ : হো, খঙদ্রে, খঙদ্রে, হৌজিকালগী অঙাংশিংসিননে ঐখোয়বু অমুক পোকপীরে। নোই- নোই নুংঙাইনবা হোৎনজৌ, ঐনা- ঐনা নুংঙাইজনবা ঐসুনে হোৎনরদবনি হৌজিক্তি। (*হায়রগা চৎখিবা*)

পাম্বোইনু : ঐখোয় ইমাসিদি ওম্বোক্লা মফত্ত শাউখ্রেদকো, শাউদবসু য়াবসিবু। হোৎনরো হোৎনরো ইমাগী নুংঙাইনবা, ঐখোয়না হেক ঙম্বমখৈ ইমাগী সেবা তৌরগে।

*(ফীজঙ)*

# তশুবা উৎপা

*(লম্বীনি। খুঞ্জাগী অহল অনী, লাই খুরুম্বা লাকপগী মওংনি। অহল ওইবদুগী মমিংনা তোলেল, হায়স্কুলদগী পোত্থারবা হেদ মাষ্টরনি, খরা নহা ওইবদুগী মমিংনা তম্ফাজাও, মহাক ইলেক্ট্রিকসিটি দিপার্টমেন্টকী পোত্থারবা এস.ও.নি। থবক্তুগী পোত্থারগা মতম লেনফম খঙদবগী মীনা হায়নৈ হায়দুনা লাই নীংবা হৌরকপনি। মশাগী ওইনদি লাই খুরুম্বা হৈবা নত্তে। মশা মশানা তৌবা খুদিংমক ইফত ফৈ খঞ্জবা মীওইশিংনি।)*

তোলোন — ইবুংঙো তম্ফাজাও, করিনোনে হৌজিক্কী মতমসিদা ঐখোয়না তৌদৌরিসিবু? পীকপরা চাউবরা সরকারগী থবক তৌরিঙৈ মতমদুদদি থোইদোক্লা ৱাখলসে পীক্লুদে।

তম্ফাজাও — অস! তাদ, পেন্সিলগা ফংঙকপসিদিনে, পূক্লিংসে খংনুং নুংশিবজাৎনি। পুন্সিসে লোইশিল্লক্লমাল্লে খল্লুবদা কোক্কসে ফোং- ফোং শারদনা, হেক্তা ঙাওবজাৎনি।

তোলেন — আ: আ: তৌবরা ইবুংঙোসু ? ঐসুনে ইমুংগী অঙাংনগা ঙাঙবা শকপদনে পংশাউদা শাউনিংঙি, ইমুংদকা লৈনিংবজাৎ নৎতে ঐ হৌজিক। অহানবা, গ্রুপ ইন্সুরেন্স ফংলে অদুদগী লিফ সেলরি ফংলে, অকোনবদা জি.পি.এফ. ফংলেদো। পৈশাদো লাকপদা ইবুংঙো থৱায়সে ওন্থোক্লা নুংঙাইখিদ্রে, ঐগী পুন্সিসে লোইরেদকো মসিনা হায়না খনবসিদা।

তম্ফাজাও : তাদ, ঐদিনে পৈশাদো ফংঙকপদনে ঐবু দুকান ফমসিরা? করি তৌশিগে খল্লি। থা অমগী তলব খরা লাকপদদি পূক্লিংসে খরা হেক চাউথোকচৈ। হিংগদবসু মমাল্লি। পেন্সন হেক ফংঙকপদদি ননাওগী পুন্সিসে লোইশিল্লক্লমাল্লে খল্লিদো দুকান ফম্মে, মীওইবগী মরাসি হায়বা অমা লৈরিপোৎনিদো, মদুসু ঐগীদি রাসিসে কন্দ্রংনিদো। পেন্সন ফংবসিমুক ৱাবসিদি লৈতেকো তাদ!

তোলেন : হাই, হাই, ইনাওসিদি কৈদৌরুগবনো? অৱাবা হায়বসিদি শিদ্রিবফাওবা লোইররোইদৌবপোৎনি, কান্নদে, কনাদা তাই? লাদ তাই, কনাদা তাই? লাইদা তাই, হায়দুনা গোবিন্দদা খর-খরা চৎলি। লাই খুরুম্বা হৈতে, লাই য়েংবা চৎলি ইবুংঙো, ইবুংঙোদি কদাই চৎলুবনো?

তম্ফাজাও : তাদ ননাওসুনে, মতমসে লেনফম খঙদনা ঐখোয়গী নুপী অঙাংনা সুম পম্বৌগী নাক্তা চৎলু হায়রকপদগী পুংজা ৪:০০ তাবদগী মিং ইনৈ হায়দুনা মিং ইশিল্লুবনি, তাদা।

তোলেন : ইবুংঙো, লাই খুরমগদৌরিবরা, মী নীংগদৌরিব্রা ইনাওবু ফনা শিংবরা হায়না খনবনি, পেন্সন ফংঙকপদগীরনে পঙথরকইসিবো?

তম্ফাজাও : হেরা তাদ, তাদসু উকং নীংবা চৎপীরিবরা, লাই নীংবিরিবরা?

তোলেন : বিষ্ণু বিষ্ণু, নপা-নপু নোরোক তাগদৌবা ? নচিন-নখাদুনা পনবা হৌনবরনহে, মণিপুরগী রাজ সিংহাসন ঙাক্লিবনিনে।

তম্ফাজাও : হয়ূম শিদবা, তাদগী নচিন নখাদো, পুরোল ৭ নোরোক তাগনিনহে, তারোইদবগী ৱা লৈত্রে, তাগনি। নচিন-নখা কেনগনি। মী ওইনা খনবিরিবা তাদনা অদুম খনবিরো, ঐদিনে লাইনি খন্দুনা চৎচরুরিবনি।

তোলেন : হেরা, করিবু থোকএনা তৌশারিনো ঐখোয়গী লৈপাকসিদা লাইনৌ- ও, লাইজাও- ও, লাইতোং- ও থোকসু থোকখ্রেদা অঙাংনা মাইবা শাদনা মঙ থল্লে হায়বদুনি। অনী থোকপী অহুম থোকপী, নীংগদবা অমখক লৈরিবা শ্রীশ্রীইবুংঙোবু লাম্বোক্তুনা চৎকে খল্লব্রনহে।

তম্ফাজাও : অনীসু থোকসনু, অহুমসু থোকসনু, মৈতৈ লৈপাক্লে, মৈতৈগী লাই থোরক্তনা করি থোক্দৌরিনো তাদ। হিন্দুগী লাইদুদি মরোলদি থোভ্রবনিনা শুকথোক থোক্লক্কদবা নত্তে, খিল্লিবদুনা লোইরবনি তাদা।

তোলেন : হেরা ইবুংঙো, ইপা- ইপুনা চৎনরকপা লাইনীং পরম কায়দবনা ফগনি। শ্রী ইবুংঙোগী কৃপানি, গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী ভক্ত বৈষ্ণব ঙাক্তনি ঐখোয়সে, রাধে শোনবনা ইবুংঙোগী চরণ ফংঙিবনিনহে।

তম্ফাজাও : লাইনিংথৌগী থৌগল ফংবনা তাইবঙ কুম্মৈ য়াওবা ফংলিবা নুমিৎ-থা অনীগী মঙাল্লক্তা তেংপানবা মপুগী মীংখৈ শোনবনা, ইপা- ইপু শকখঙনৈদো তাদা, কাউবীগনু।

তোলেন : ইবুংঙো তম্ফাজাও, মৈতৈ লাইনীং চৎলগা কিথুম পুবা ফুব্রাওনবা, গঞ্জা থকপা, মশম- মনা কক্কনি খন্দবদুদা ইবুংঙোগী ফজখ্রবা মায়থোংদো পাম্মুইদো, ইয়াম্বনা।

তম্ফাজাও : হেরা তাদ, মুন্না ৱাখল তৌ, মশম- মনা কক্তবা, কিথুম পুবা হায়রবদি হিন্দু লাইনীংদা মহাদেববু নীংবা গৌরাঙ্গ, মহাপ্রভুবু নীংবা শ্রীহরিগী নাম শোনবা সাধুশিংদুনা মশম খাক্লিবদুনা করি থোকই তাদ। হিন্দুরা হায়সু হিন্দু নত্তে, মৈতৈরা হায়রসু মৈতৈ নত্তে শামরক ঙামরক তাদ হোইসিমা।

তোলেন : ইনাও ইবুংঙো তম্ফাজাও, নহাক ভাব ইতা তাদ্রমাল্লেনহে, হিন্দু লাইনীং লাকপনা মৈতৈ লৈপাকসে চাওখৎলিনিনহে ইনাও, ভাবসে ইতা তাদমাল্লেনহে।

তম্ফাজাও : হেরা তাদ, চাওখৎপদি লাইরদনা মৈতৈ লৈপাকসে, কাংখোং চাইবতা নত্তনা বারী- শম্বন্ধি, ইচিন ইনাও, ইমা ইচা পূম্নমকপু থুগাইরিবনি। তাদনা হিন্দুনি হায়রিদুবু হিন্দুবু শেংঙবরো তাদ। চাওখৎলকপা হায়বসিদি মতমনা অদুম পুজরকপা মহৌশা লাইরেম্বীগী খূৎশেমনি। করিগী লাইনিংথৌ শাগোন্নরি, পন্দিত লোইশঙদা অমাইবা- অমাইবী লোইশঙ কৈদৌবগী থল্লি, খঙদবা শারদনা তাদ হোইসিমা।

তোলেন : কান্নদে, কান্নদে ইবুংঙো তম্ফাজাও, ইপা ইপুনা চৎপা লাইনীং চৎসি। করিগুম্বা ইয়াম্বগা লাইনীং তীন্নদ্রবা নুংশিরবা ইনাওদা ইয়াম্বগী দেব- কম্মগী বার্ত্তন ককএ খঙঙু।

তম্ফাজাও : তাদ, ননাওগা লাইনীং মান্নদবা থৌনি থৌগাই পাঙথোক্লবা ব্রাতম চেপাউ ককয়ে খঙঙু তাদ পুন্সিগী।

তোলেন : নোই মৈতৈগী ব্রারোল ব্রাতম চেপাউ কায়না- হা . হা. হা.. *(করেম্ননা নোকপা)।*

তম্ফাজাও : মৈতৈনা হিন্দুগী মরোলদা বার্ত্তনকা হায়রদনা হা হা ... বার্ত্তোন হায়দুনা নরোল্লো, মীরোল্লো খঙঙুনহে তাদ-।

তোলেন : করি ইপা ইপুদগী চৎনরকপা বার্ত্তনবু নঙনা মীগী মরোল হায়বদি।

তম্ফাজাও : অদুনি তাদ, মুন্না ব্রাখল তৌবিহৌ, ইপা ইপুনা চৎলম্বা লাইনীং হায়বসিবু করিবুনো? ১৭শুবা চহীচাদা শান্তিদাস গোষাইনা রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোক্লম্মে। ঙসিগা থানা চহি ৩০০ মুক্ত মঙাইরি। নক্লবু হায়রসিনে ১০শুবা চহীচাদা লৈরম্বা ইপা- ইপুদুনা ১৭শুবা চহীচাদা লৈরম্বা তাদগী ইপা- ইপুদু পোকইবনি। অদুগা তাদনা হিন্দু লাইনীংবু ইপা ইপুগী লাইনীং হায়রিসিবু তাদগী ইপা ইপুদুবু চহী ৩০০ লোমসিদং ঙাইরিবরা মালেমসিদা খুন্দা লৈতারকপসিবু?

তোলেন : অদু ওইরবসু ইবুংঙো, খঙবা হৈবা য়াম্না শাজিল্লক্কনু নয়াম্বা ঐখোয়সে নুমিৎ থা উবা হাল্লিবনিনহে।

তম্ফাজাও : কান্নদে, কান্নদে নুমিৎ থা উবা হানবনা নপঙ পঙলিবনি, মরৈ য়েৎফম লৈরক্তদনা নরোল শুবোই শুদবোই, 'অদু ওইরসু'। শিদনিনে ৱা ঙাঙনিংদে তাদা, ঐ।

তোলেন : মফম মতম চারবদি লাইনীং ধম্মগী মরমদা হুলাল্লকপসিদি ইশাদা শোকপগুম্বনি। ফি শেমদ্রিবসে ইনাও ইবুংঙো, নঙ লাইবক ফরবনি ঐ চৎলে।

*(ফি কল্লম্লগা চঙখিবা, তম্ফাজাও ঙাঙহৌবা)*

তম্ফাজাও : ঐসু লাইনীং লীচৎতা হুলাল্লকপসিদি ইশাবু হুল্লাল্লকপনি। তাদখক্তং নপাঙ্গল কনবা নত্তে, তাদনা চংলিবা লম্বীদুদা ননাও ঐসু লাকএ, মফম চাবা অমদা অমুক য়েৎনসি তাদা।

*(মাসু ফি কল্লগা ইন্নখি।)*

*(ফীজঙ)*

# ৪শুবা উৎপা

*(তোমথিন ঙানবগা চীংলেম্বীগা, অনীনা ইংখোল কোইবগী মওংনি, নুমিৎ চপ য়ুংবা নৎত্রবসু নুংশা অদুম শারি। মবানিমক থবক কন্না শূবগী মওংনি, হূমাং তাই। তোমথিনঙানবনা চীংলেম্বীদা থবক শূরিবদু নুংশিনা লাপ্তক্লা য়েংঙি, অদুগা য়াম্না নুংশিনা কৌরকই।)*

তোমথিনঙানবা :চীংলেম্বী, ৱাবরনে ? নুংশাসু য়াম্না শাইকো, হূমাংসু য়াম্না শৌই।

চীংলেম্বী : ৱাদে, মোই তাচৌবু ৱাবরো ?

তোমথিন : চীংলেম্বী, ঐনে ঙসিদি ৱাখলসে মখল মখল খল্লকই।

চীংলেম্বী : করি করি খল্লকইবা ? মখোয়গী তাচৌনা খনববু কান্নদবা ঙাক্তা পংখন্দ খল্লকইবা ওইরিনি।

*(তোমথিনঙানবা মকোক ঙাওবগী মওং তৌরকই)*

তোমথিন : অস, ঐ কোক অসে য়াম্না ঙাওইদা *(মকোক পায়রগা ফমথখিবা, চীংলেম্বী পাখৎনা চেনশিল্লকই)*

চীংলেম্বী : করি তৌরে হায়বা মোই তাচৌ, তপ্না ফম্বীয়ু, এ: এ: সিদ ফম্বীয়ু, খোঙসু লোইনা ইংঙে, হূমাং অনপ্পিসু কাংঙে, কোকশেৎসিসু লৌথোকসি, ফুরিৎসু লৌথোকসি।

*(তোমথিনবু ফমহল্লগা কোকয়েৎ অমদি ফুরিৎ লৌথোকপীবা, তোমথিনসু শ্বর শাংনা হোম্বরগা)*

তোমথিন : করিসু তৌররোই, পাখৎকনু।

6985/Gee/8



চীংলেম্বী : ৱাখলসে খরসু খনমনখ্রে, খরসু য়াংনা খন্দোকপা ফবনি।

তোমথিন : ঐ কনাগীসু খনবা নত্তেনে। চীংলেম্বী, নহাক য়াম্না নুংঙাই য়াইফবা ইমুংগী মচানিকো। লায়রবা ঐগী খাংপোকশঙদা লাকপদগী নহাক্কী অপোকপা অপোকপীসু কায়নরেদো। ঐসে য়াম্না ফত্তবজাৎনি।

চীংলেম্বী : করিনো মোই তাচৌ, করিগী ফত্তনি হায়গে? মীনা তৌনদবা থবক্লো? লায়রববু মউ লীংবরো? ইনাকখুনববু মরা তাবরো? ঐখোয়সু নুংঙাইজরক্কনি।

তোমথিন : নহাক্কী নমান্নবীশিংদো, মখোয়দি লোইনা থবক তৌনখ্রে, নুংঙাই য়াইফকোন্দসু ওংনখ্রে, মপুরোইবশিংসু লোইনা ফৈ। নহাক্কীদি লায়রবা চুদৎনবা ঐসে...। *(চীংলেম্বীনা মরক খংথৎ থৎখিবা)*

চীংলেম্বী : মোই তাচৌ, নুংঙাইবা মশীং কয়া শুবগে? মোই তাচৌননে খলহৈদবা ৱাখল ময়াম অমা খন্দুননে, হকচাংদো লৈমন চনখিবা তারে। ঐসু য়াম্না নুংঙাই, ইপুরোইবনা মাঙদা চাউথোক চাউনা লেপ্পুনা লৈরগা ঐনা তুং ইনজবা, মসিদগী হেনবা নুংঙাইবসিদি লৈরম্লরোইদা তাইবঙ পানবসিদা।

তোমথিন : খঙদ্রেদা চীংলেম্বী, ঐখোয়না হিংলিবা পুন্সিসে, নোংমগী অয়ুক্কী নুমিদাংগী চাক্লুকসিখত্তুংগীনিকো শৃরিবা নোন্নিবসে। মাঙদসু কনামত্তা লৈরমদ্রবা, তুংদসু হন্না য়েংঙুবদা কনামত্ত উদ্রবা ঐখোয়নিগী পুন্সিনিকো।

চীংলেম্বী : চাক্লুক অনীসিখত্তুংদগী হেনবা করি নুংঙাইবা অমুক তাল্লুখিগদগে। ইনাখুনবগীসু লায়রবগীসু সিমঙাইদনা, ঐদিনে থবক কন্না শৃগনি, হাউবা, হাউতবা নোংমগী থবক কন্না শৃজরগা চাবসিনা নুংঙাই, ঙারি থাকপা থাক্তবা, থুম য়াওবা- য়াওদবা য়াম্না হাউই।

তোমথিন : নহাক্কী অপোকপীনা নোংম হায়রম্বগো- নঙনা ইচাসে মাঙহল্লবনি, লায়রবা নহাক্কী ইমুংদা চঙখিবসে শিবগা পাংখকনি, হিংনা হাৎপা, ইচা হাৎপা হিংচাবা।

চীংলেম্বী : ঐখোয় ইমাগী ৱারীদো লৌবিরুনোমি, ইমানা হায়বদো য়াম্না শাউনিংখিবরা মোই তাচৌ, মদো ঐখোয় ইমাগী হৌনবীনে, খরসু কাউথোকপীরো।

তোমথিন : ঐদি শাউবগী ৱা নত্তেদা,অশেংবনিকো হায়না খল্লকপগী ৱানিদা। নঙবু ইমাগী মনাক্তা নোংমতসু চৎলুচোদনা, চৎনিংদ্রো ?

চীংলেম্বী : চৎলোই, অপোকপী ইমা ওইরবসু ঐগী থম্মোয়না ৱারৌই। লায়রববু অদুক হন্থনা খনবা, ইনাকখুনবা ঙাক্তনা মরী- মতা ওইনিংবা, ঙাই-শেল ওইনিংবা, ইমানা পোকপীরবসু ঐদিনে য়াম্না পামদে।

তোমথিন : ইমানা ঙাঙববু মচাগী ফনবা পংঙাং ঙাঙবনিদা। চীংলেম্বী, নহাকনে ইমাদা ৱারৌবা তৌহৈদেকো।

চীংলেম্বী : ঐদি ইমাগী মনাক্তা অমুক হন্না চঙলোই, নুংঙাইবা হায়বসিবু করিনো ? পৈশানবু হেক্তা নুংঙাইবা য়াবরো, সনানা লুপানা নুংঙাইবা হেক্তা য়াবরা? লাইরিক হৈবা খক্তনা নুংঙাইবরা ? ইমুং মনুং পূকচেল তিন্নবা লৈমিন্নরিবা ঐখোয়মুক নুংঙাইবসিবু কদাইদা লৈরমগনি?

*(মতাংসিদা শিলহৈবা, চা, বোরা কাংঙৌ পুদুনা কৌর কৌরগা চঙলকই)*

শিলহৈবা : ইতৈমা, তাচৌ, ঐ লাকএ।

তোমথিন : হাই হাই তপ্না তপ্না লাকউকো, ফিংগনু, তুশিন্নিকো।

চীংলেম্বী : ইতৈমগী ইবুংঙো শিলহৈবা, শম্বন্দো তপ্না কাল্লকউকো তুশিন্নিকো, লাকও, লাকও...।

শিলহৈবা : ইতৈমা, তাচৌ, নবানি ৱারম্মনি খন্দুননে চানে-কাংঙৌনে, বোরানে পুরকইনি, ইতৈমা নহাক ৱাবরা?

চীংলেম্বী : করিগী ৱাদৌরিবনো ? তাইবঙগী শিম্থানে, শূদনবু নুংঙাইবা য়াবরো?

শিলহৈবা : তাচৌ, য়োৎপাক্তো পীরকউ, ঐ তৌবিগে, ইতৈমা নহাকসু পোত্থাও, কাংঙৌ বোরাদো চাথোকও।

তোমথিন : হাই, হাই নখোঙ নখূত্তো অমুক শোক্কনি, য়োৎপাক্তো হৈত্রদি শোকপনিকো। থম্মো হায়বনি য়োৎপাক্তো।

চীংলেম্বী : শিলহৈবা, নখোয় তাচৌনা হায়রবদি থম্মোদনা, ইনাওসিদি শূরুরনু। নখোয় তাচৌগা নতৈমগা লৈরিঙৈদা নখোয়না করিগী থবক শূদৌরিবনো। ইবেম্মদি মথন্তা লৈহৌবরা?

শিলহৈবা : ইতৈমা, ঐখোয় ইবেম্মদো, চাসু লোল্লকপনি, কাংঙৌ বোরাসু মানা ঙৌরকপনি। মানা চৎচগে তৌবদা মানা হানখিবা তারে হায়দুনা ঐনা মুল্লগা পুরক্লিবনি, মাদি য়াম্না শাউহৌরবনি।

চীংলেম্বী কোক লাক্কমিন্নৌ য়াদ্রো,অঙাংদো মথন্ত থম্বীরম্মীবদুবো।

তোমথিন নঙসিনা মরোল অমা, অঙাংদো হেক কপহল্লগনে নঙনা নুংঙাইবা হেক ওইজবা।

*(শিলহৈবনা ময়াম্বগা মতৈমগবু লাপ্তুকনা নুংশিনা য়েংজৈ।)*

শিলহৈবা : তাচৌ, ঐখোয় ইতৈমসে য়াম্না নুংশিকো। ঐদি ইতৈমা, ইতৈমা লাক্লমদ্রগদি ঐখোয়না কনাদা 'ইতৈমা' কৌগনি? ইমাসু লৈতে, ইপাসু লৈত....।

চীংলেম্বী : ইমা লৈতে করিগী ৱারিনো তোম্বা ? ববা লৈত্রবসু নখোয়গী তাচৌ লৈরিবসিদি, ইমাগী মহুৎ শিন্দুনা ঐ লাক্লিবসিদি।

তোমথিন : ইয়াম্বগী ইবুংঙো শিলহৈবা, ইনাওনা ঙসি খল্লক্লিবসিবু কদাইদগী ৱাখলনোনহে। মতম অসুক কুইখ্রবসিদা, ঙসিদং নৌহৌননা নীংশিংলক্লিবসিবু !

শিলহৈবা : ইতৈমা, তাচৌ ঐখোয়গী ইন্দোমচাননে ঐখোয়গী দাদাশিং ইচেশিং ইনাওশিংনা নুমিদাংৱাইরম কোয়রকপদা, ঐখোয় ময়াম শান্নমিন্নবদা মখোয়তমক কৌশিল্লগা চঙখিবদা ঐখোয় ইবেম্মনা- ঐখোয়গীসু মমা লাকখিনি হায়দুনা তুবক লেপ্পগা লৈবা, ঐননে চঙলসি লাকও হায়বদা মাননে সুম য়াদবা, ঙসিদিনে নীংশিংলকইবা মতমদো।

চীংলেম্বী : ইতৈমগী ইবুংঙো, হৌজিক্তি ইনাওগী করি ৱাৎকনি, ইচাগী করি ৱাৎকনি, নতৈমা ঐ লাক্লিবসিদি।

তোমথিন : হাই, শিলহৈবা, ঐ চৎলম্লগেকো, নতৈমগা লাকও, ইবেম্মদো মথন্তা ঙাইরম্মনি।

শিলহৈবা : তাচৌ, চৎপীরম্মু ঐ ইতৈমগা লাকমিন্নরগে।

চীংলেম্বী : ইবুংঙো, অদুদগী য়োৎপাক্তুসু থাংজৌদুসু পায়রকউ। চৎলসি। হয়েংমুক ঙন্তানা থবক শূশি, ইবেম্বসু য়াওহনশি।

শিলহৈবা : ইতৈমা, ইতৈমনা মাঙদা থারো, ঐননে তুংদা ইল্লক্কে।

চীংলেম্বী : হোই, হোই ,ঐ মাঙদ চৎলগেকো, লাকওকো। (*হায়রগা চঙখিবা)*

শিলহৈবা : ইতৈমা, ঐনে তুংদা অদুম লাকইকো, ইতৈমা অদুম মাঙদা থাবীরো। *(হায়রগা চঙমিন্নখিবা)*

*(ফীজঙ)*

# ৫শুবা উৎপা

*(থরাকলৈগী য়ুম। থরাকলৈ, কৈথেল চৎকদবগী মচাশিংবু কৌ কৌদুনা থোরকই।)*

থরাকলৈ : ইবেম্মা, ইবেম্মা পান্থোইনু, লাকউনহে, ঐবু কৈথেল চৎলগেনে। কদাইদা লৈ, হংকোল্লাইদো থোল্লকউ হায়য়ু। ইশ! মা হেক পনবদনে, খোইদৌসে হেক্তা শাউগৎলেবা, শাউররোই তৌবসে য়াদেবা।

*(পাউদর থাই, মশম হাৎলি, ঙকশমদা মোবাইল ফোন য়ানশিল্লি, মোইরাংফি ফজবা অমা শেগা ওন্থরগা ইল্লি। বেগ অমা লেংবান্দা য়ানশিল্লি। লোইশিন- লোইশিন্না ঈশৈ ঙংণ্ডি।)*

শোল্লু শোল্লু শ্রী হরিগী নাম
অচৎ- চৎত উবনি
জগৎকী মপুদি শ্রী হরিনি
লানবীবসু হরিনা ...

*(তেলহৈবা থোরক্লগা খংহায় হায়রকই)*

তেলহৈবা : অহম, অহম, সিদনে ঐসে, ঐখোয় ইমানা অদুম শাউরদৌবনি।

থরাকলৈ : কৈনোহে, নঙোন্দা শাউনবা মতম অম্মুক কাইথোকখিগদ্রা?

তেলহৈবা : কাইথোক্লবসু কাইথোকওদনা ইমা, করিনো হৌজিক্কী ঈশৈদুবু, শ্রীহরিনা লানবীবা কাইনা, ঐনা য়ু খরা থক্লবসু, নিশা চারবসু হৌরকফমদি ঙাক্লগা চৎচরিয়ে। ঐখোয়

শলাইদি মঙাংনে ইমানা খঙদ্রমাল্লে, ইমাদগী ঐখোয়না তমজদৌরিবসিবু করিনো ? নাপ চাদবা, মথোং চাদবা, অহল অসুক ওইরগা। শ্রীহরিদো লৈয়েনা থোম্মগা হাত্তোকচনি।

থরাকলৈ : করি ! নমিৎতুদুম কোৎকে লাও, ইপা ইপুদগী হৌনা নীংঙক্লবা শ্রী হরিগী নাম শোন্দনা, করি শলাই অমুক নীংঙো হায়রিবনো। তানিংদে, তানিংদে চখোকউ, কৈথেল চৎলমদাইসিদনে খোইদৌগা অমুক শাউগৎহল্লক্কনুকো।

তেলহৈবা : এ: করিনোনে ইমানা হায়রিদুবু ? ইমাবু ঐনা শাউগৎহল্লিরো। ঐদি ইপা ইপু পোকপা শোল্লু হায়বতনি। লুহোংবা মতমর্দদি তৌদবা য়াদে হায়দুনা লাইনিংথৌগী, লম লাইগী, ইপা ইপু পোকপগী ফিরুক্ত পোৎ- চৈ পুরকইদুদি। *(পান্থোইনু থোরকই)*

পান্থোইনু : ইমা, করি অমুক তৌরগে ? ইমানা চৎকদদো অদুম চৎলু য়াদ্রো? তেলহৈবা নঙ ঙসিদি করিমত্তা চাদ্রি থক্ক্রি হায়দনা তৌরগা ইমাদা অমুক চিক্লবরা? মসিগী অঙাংসিদিনে।

থরাকলৈ : হো ইবেম্মা, ইকুবোক অসিননে ঐবু ৱারকপীরিয়ে। ঐনে কৈথেল চৎলগে, কান্নদে, শিদৈদনে খদাং থাদরুদৌ শরূক কৈথেলদা থাদরুরবদিনে শেন্দোংনা লুপা ১০০/২০০ তোংঙনি। ঐনে চৎলগেকো নখোয় চখোক্কনুকো। হৈখ্রে, হৈখ্রে হৌজিকাল অঙাংশিংসে। *(মথন্তা ঙাঙ- ঙাঙলগা চৎখিবা)*

তেলহৈবা : হো ঐখোয় ইমা অপঙবী, কৈথেলদসু পোকখাইরুরো, হরিগী মীংদো তোকপীরোকো, লাংওল লাংতাইগী মতমনি।

পাম্বোইনু : তেলহৈবা, নওসুনে হেক্তা ঙাঙনিংবরা কৈনো? খঙদেহে, অহলনি শোনজসনু শকচসনু ঈশৈবু কৈনো ? ইমাসু লাইনিংথৌ খুরুম্মগা চৎলিদুদি, নহাকসু ভাব তাদবা হায়দুনি, ইমাগী মীহুল মতাসিদা।

শিলহৈবা : অদো ইচে, ঐ ব্রা অমা হায়গেবা, ঐখোয়গীসু ময়েক লৈরিবসিদি, সুম হায়না শকপা কৈদৌগেবা?

(ঈশৈ): *মঙাং লুব্রাং খুমন্না*
*ঙসিগী শিম্বা তাকপীয়ু*
*য়াংদৌ লম্বী খূদিংদা*
*খুরৌ লাংয়েৎনবিগনু,* তো লৈরবসিদি।

পাম্বোইনু : অদুদি ইবুংঙো, ঐখোয় মৈতৈ লৈপাকসিদদি অদুক ফজবা ময়েক্কুদি কনামত্ত কেসেত নমদেদো। ময়েক্কুদি নুংশি, ঙাওরসু ঙাওনা ইপ্পানা শকপদো।
(তাল্লক্কুদা শিলহৈবা চঙলকই)

শিলহৈবা : তেলহৈবা, ঐ লাক্কে, চঙলকপা য়াগদরো ?

তেলহৈবা : এ: কদোমদগীনো? চঙলকউ, কদাইদা চৎলুবনো তাশিলহৈবা? ঐখোয় ইচেসু লৈয়ে।

পাম্বোইনু : য়াম্না লাকনিংনা লাকইকো, য়াম্না চঙনিংদনা চঙলকইনা, পার্মিসনগা লৌইকো, লৈহৌরোনে ঐখোয় তেলহৈবগা তিন্নবা নৎত্রো।

শিলহৈবা : চৎলোহে কৈনো, সুম লাকঅগবু, নোই য়ূমদা লাকই নত্রো? তাঞ্জা খঙনা লাক্লগা। ইমা চৎখ্রবা নত্রো?

তেলহৈবা : তা শিলহৈবা, হুম নহালখৈ লাকপগা মান্নদে। ইচে, নওসু তাশিলহৈবদা হায়বা ব্রাহৈসি নহানখৈগা মান্নদে। ঐ সুম চিংনরকএ, ঐখোয় ইমাদা তাকথোক্তবা য়াররোই। ঐখোয় ইমাগী লাইবকসে থিখ্রেদা, মচা য়ুথকপা ঐবু লাক্লগদ্রা, ঐদি হৌজিক থকপা চত্তোরে, মচানুপী অতপ্পসিনা য়ূমদা নুপা...। *(পাম্বোইনুনা খংথং থৎখিবা।)*

পাম্হোইনু : কৈনো তেলহৈবা নঙনা ঙাঙঙিদুবো, ঐবু ইমানা চৈবদা লোই- তারেম্মি, শেরালগা তুরালগা...।

শিলহৈবা : তেলহৈবা, করি হায়না তাক্তৌরিবা ইমাদা।

তেলহৈবা : ঐখোয় ইচে পাম্হোইনুগা তাদা শিলহৈবগা ৱারী শান্নবদা মরোল অমা চুমদে। তাশিলহৈবগা ঐখোয় ইচে পাম্হোইনুগা কোইনৈ হায়দোইবা।

পাম্হোইনু : এ: এ: অঙাং নঙ করি খঙঙদনা, নঙ ঐনা নহানমখৈ ফুহন্দদনা লৈবা নত্রা? করিগুম্বা ইমাদা হেক তাকথোক্লবা, ঐনা কমদৌগে য়েংঙু।

শিলহৈবা : তেলহৈবা অদুগী ৱারীদো, ইমাদা অদুম হঙ্গৎলোবা, নঙবু হঙ্গৎপা ঙমগদ্রা?.

পাম্হোইনু : করি কান্ন ঙাওশন্নরিনো, মমায়সে করিমত্তা ইকায় খঙদে, পাখৎকেদি হায়দ্রগা?

তেলহেবা : চৎলোহে ইচে, সিবু করিগী পাখৎকদৌরিবনো, অশেংবা হায়ববু, তা- শিলহৈবা ইচেনা হায়রিসে লৌরুনু, ঐ অদুম হঙ্গৎপীগে, অদুম হায়দোকপীগে।

শিলহৈবা : ইবুংঙো হায়য়ুকো, অদুবুনে হেক হায়রবা, তাদা হায়রম্বদগী ইবাই ওল্লকঅদবনি।

তেলহেবা : ইচে, হায়দোকপীরোইবা, ঐ কৈনোমা হায়গেবা, ইমানা ঙসাই পৈশা পীরম্বরা?

পাম্হোইনু : পীরমদে, পীরমদে, কদায়দগী পৈশানো? নঙ অমুক য়ু থল্লক্লগা, অস, ঐনে ঙসিনে মীহুনকাসে কৈনোমা তৌইকো।

শিলহৈবা : পাম্হোইনু, ইমানা নঙোন্দা পৈশা শিন্নবরো? অঙাংনা পীয়ু হায়রিসে করিনো পীথোকখ্রোদনা। তেলহৈবা, কৈদৌগে হায়বনো? ঐঙোন্দা লুপা ৫০ য়াওরি-সে।

পাম্হোইনু : কৈদৌবগী অঙাংদা পৈশা পীরিবনো, য়াম্না পায়রবোইদা?

তেলহৈবনা : ইচেগীদো পীরক্কুবসু য়ারে। তা-শিলহৈবা, ইচে নখোয় অনীগী ৱারীদো হায়দোকপিরোই হায়বগীদি নত্তেকো। ঐনে য়াম্না থুনা লাক্কেবা, ফৎ হেক্তা লাক্কে, তা-শিলহৈবা চৎলমগনুকো।

শিলহৈবা : তেলহৈবা,কদায় চৎকদৌরিবনো, অ: ঐসু চৎলদবনিকো। নখোয় ইচে মথন্ত লৈহৌগদৌরিবনিকো, খরা থুনা লাকউকো।

পাম্হোইনু : চখোকখিনু হায়রগা মসিগী অঙাংসিদি, মাগী হৌনবীসে হেক্তা হৌরকপা! ইবুংঙো চৎখোকখিনুদা। অস, মসিননে অমুক চাশিন থকশিল্লগা লাক্লনি, ইহে! হোরেলদি মীৱা শোয়দনা তারনি।

শিলহৈবা : পাম্হোইনু, নঙনা হৌজিক পাখৎলিবসে, তেলহৈবনা হায়দোক্লনি শি নত্রা? করিগুম্বা ইমানা ঐখোয়দা ৱাহৈ অমা হেক হায়রক্লবা, ঐনে নঙগা অমুক উন্নদ্রে। ঐখোয় ইতৈমগা তাচৌগগী মমাঙদা ঐদি য়াম্না ইকায়জেকো।

পাম্হোইনু : চখোকউদা তানিংদে, ইমানা ঐঙোন্দা চৈরনি হায়দুনা পাখৎলগা মখোয় তাচৌগা ইতৈমগা হায়দুনা তৌরকইসিবু। অস! ঐখোয় ইমানা তৌরক্কদৌরিসে, ঐবুনে ...।

শিলহৈবা : নহোয় ইমানসু চৈদনবা, তেলহৈবনসু হায়দোক্ত্রিঙৈ চৎলসিদনা।

পাম্হোইনু : ইস! মতম খিত্তং ঙাইখোদা, য়ূম পানববু ফাগীরো ? নঙসু থবক অমত্তা তৌদ্রি, ঐসু থবক অমত্তা পায়দ্রি, করি শূরগা চাদৌরিনো?

শিলহৈবা : করিনো পাম্হোইনু, ফাগী ওইরগবু নঙোন্দা হায়খিদ্রো? য়াদ্রগা তোকচৌদনা, মীৱা তাগে হায়রগা তাজৌ ঐদি চৎলে।

পান্থোইনু : ইমানা চৈরে, অমুক হন্না উহন্দৌবা লৈত্রবা, নুংশিবা অমদি ঐঙোন্দা লৈরিবা! ঙাইখো কৈদৌরগে তা- শিলহৈবা ঐসু অদুম লাকঅগেবা। অস হোরেল ঐখোয় ইমানা তৌগদৌরিবদো।

তেলহৈবা : অদুনবু হায়বিরিনিদনা, নখোয় ইমা লাক্লগা চৈনি। ঐরা অমুক হন্না লাক্লগা উন্নবিদৌ লৈত্রে। তেলহৈবনরা য়ু থক্লগা হঞ্জিন- হঞ্জিন ঙাঙলক্লনি। চৎলসি লাকও কান্নদেনে। *(মখূৎতো তাপ লাউনা পায়রগা চিংলগা চৎমিন্নখিবা।)*

*(ফীজঙ)*

## ৬শুবা উৎপা

*(তোমথিনঙানবগী যুম চেংলৈলৈমনা হরাউনা নুংঙাইনা চঙলকই।)*

চেংলৈলৈমা : হো ইনম্মা, হো ইনম্মা, ঐখোয় তাচৌ কদাইদা চৎখ্রগে ইনম্মা ...।

চীংলেম্বী : হাই, কৈদৌরগেনহে, করিনোমি ইবেম্মা নঙবু *(ঙাং ঙাংদুনা থোরকপা)*

চেংলৈ : ইনম্মা য়াম্না নুংঙাইবা পাউ অমা তম্বীগেবা, ইনম্মসুনে য়াম্না হরাউনি।

চীংলেম্বী : করি পাউনোমি হায়রোদনা, ইনম্মসু তারগে ।

চেংলৈলৈমা : ঐখোয় তাতোন্দো নুপী অমা পুরকএ ।

চীংলেম্বী : হা ! কদায়দগী, নুংঙাইরেদা ।

চেংলৈলৈমা : মমিংদিনে পাম্ণোইনু কৌয়েবা, য়াম্নসু লাপ্তে, লুহোংবদকাদি গাড়ী চৎত্রবসু মখোঙনা চৎপা য়ারনি ।

চীংলেম্বী : করিবু কান্নদোইনোদা ইবেম্মা, গাড়ী হায়বসিদি ১০০রক তোংবা য়াই, লুহোংবা হায়বসিদি অমুক্তগী হেনবা য়ারোইদৌরিবনি । মমান্নবা বর ময়াম মখোঙনা চৎপা, ইমা-ইচা ময়ামশিংনা থম্বাললৈখোক শেত্তুনা, ফিজেৎ লৈতেং তৌদুনা চেঙফূ পুবীনা মাঙদা থা ফিরুক ময়াম পরেং পরেং... ।

চেংলৈলৈমা : ইনম্মনা দোলাইথক্তা, মমান্নবী ময়াম্না তুংদা মরী মরী নুপা ময়ূমগী ইবুং- ইপ্বাশিং, খুরা, তাদা- মাম্মশিংনা ফৈজোমগা শেত্তুনা মচন্নুপীবু পুন্সি পন্থুং দোলাইথক্তগা থিল্লকপদো, নুংশিকো। কয়াদা ফজখ্রবা, মৈতৈগী নাৎকী চৎনবীসে ।

*(তাল্লক্কুদা থরাকলৈম প্রপ প্রপ য়াম্না শাউনা চঙশিল্লকই হেক চঙশিল্লকপগা হেক্তা হৌরকই )*

থরাকলৈম : কদাইদা লৈ, নুপীদো পুথোরকউ, ইচানুপী পান্থোইনুদো পুথোরকউ, হৌজিক- হৌজিকমক পুথোরক্তবা য়ারোই, থনা তাক্লগা ওৎখাইহনগে খঙনি।

চীংলেম্বী : ইবেম্মা, ইমা লাক্লিবসে চা লোলসি চঙঙু ইমুংদা, চঙঙো, ইমুংদনে চাদো খরা লোল্লকও ।

থরাকলৈম : করিগী চা, কৈদৌবগী মফমসিদা চা থক্তৌরিবা? কান্নরোই ইমুংসিদা ইচানুপী লৈহনগদবা নত্তে, পুথোরকউনেহে । *(হায়রগা মখোঙ থিনবা)* ঐগী ইতিক খঙহনগে ঙসিদি, ইমুংসে গ্রো গ্রো ওৎখায়গে । *(ফোন তৌবা)* হল্লো, ও.সি. সাহেব ওইবিরব্রা? ঐ মফমসিদা লৈরে ।

চীংলেম্বী : ইমা কনাবু ফাগদৌরিনো? ঐনা পুথোক্কদৌরিবসিনা কনা? ঐবু ভাব অমত্তা তাদ্রেনে, ঐ ইমুংসিগী মপুনি । অশাউবা অমুক্তুং ফাথবিয়ু, লেঙশিনবিয়ু শোমদা ।

থরাকলৈ : হো ইবেম্মা, খঙশিন্নদবা তৌরনু। ননাওনুপা উচুক মৈ চাকপা মানবদো, তুখোংদা মখোঙ পানবদো, মাননে ঐগী ইচানুপীদো ফাখিবা; মদুগীদমক্তা ইচানুপীদো ফাদোক্কে লাক্লিবা। লৈকাই ব্রা-ব্রা লাউবিনু, খঙবিরব্রা ইবেম্মা? হো ইবেম্মা ।

চীংলেম্বী : অদুগী ওইরদি ইমা, ইমানা হেন্না মীমাঙ থোকপীরে, ইনাওসু হল্লক্ত্রি। ইনাওনুপাগী মপাউ অমত্তং তারগা চেনবু চেল্লকএ, চেনবু চেল্লক্ত্রে পূম্নমক খন্নরগা লোইরে। ইমানা হেন্না ফীংগৎপীখ্রেনে।

থরাকলৈ : লোইরে, লোইরে, ঐ পুম্মাং মাংলে, ঐ পুম্লোই লোইরে, অস ! নুমিৎসে তাখিদৌরেমি তৌরিসিবু । ইমুংগী শক্তাসিনে, ক্বাক মখোঙ পুথবা ইমুংসিদবু, ঐগী ইচা থাজবা ! ঐ ঙল্লোই, ষণগোন্দা ষন পুন্‌বনি, ষণগোন্দা ইচা থাজবদি ঐ শুকঙম ঙল্লোই । কান্নদে, ইবেম্মা ইচাদো পুথোকপীরকউ ।

চীংলেম্বী : ইমা, ঐনা ঙস্বা মতাং ওইরগদি পুথোকচরক্কে, ইনাওদো থোইদোক্লা লমহেন তুহেনবদি নত্তে। লায়ররবা ষণগোনসিদনে ইচিন- ইনাও ঐখোয় য়াম্না ইংনা হৌমিন্নজরি । লায়রবা হায়বসিদি নোংমা শূ-নোম্মগা নুংঙাইজরক্কনি, অদুগনে ইনাউদুসু নিশা- পশা চাদবনি, মতমসিগী ইরাং করিমত্তা য়াওজদবনি ।

থরাকলৈ : করি ? ননাওনুপা শূনিংদবা, লায়রা চুদৎনবদুদা নিশা চাব- চাদবা থাজদৌ শরুকপুদি, য়ু ঙাওবা পৈশা পায়বা অমদা থাজগেনহে ।

*(তাল্লক্কুদা তোমথিনঙানবা থোক্লকই )*

তোমথিন : এ : কৈদৌরে চীংলেম্বী, কনানো, কৈদৌরগে ? ঐদি পুমঙক ঙকএনেহে ।

চীংলেম্বী : মোই তাচৌ, নুংঙাইবা পাউবু ওইদৌরিবরা, অৱাবা পাউবু তমসিরা ঐবু খঙদরেদা। ঐখোয়গী ইনাও শিলহৈবদো নুপী অমা পুরগা চৎখ্রে হায়দনা ।

থরাকলৈ : ইবুংঙো, খঙশিন্নদবা তৌগনু, পঙশিন্নবগা য়ারোই। ননমদনে চৈনা থারগা খঙগদবনি। ইবুংঙোগী ইনাও লমহেনবা, লৈকাই মীপাউথোক্কুননে ইচানুপীদো ফাবীখ্রে, ইচাদো কনগে লাকচরিবা।

*(তাল্লক্কুদা পাম্বোইনুগা শিলহৈবগা হেক চঙলকই। মমা উবদা পাম্বোইনুনা)*

পাম্বোইনু : ইমা ! *(হায়রগা মনাক্তা চঙশিনখিবা, শিলহৈবা ঙক্লা য়েংবা, তোমথিনঙানবসু, চীংলেম্বীসু ঙকপা। থরাকলৈনদি হরাউনা মচাবু কোনবা)*

থরাকলৈ : ইমাগী ইবেম্মা, ইচাগী থৱায় কল্লেদনা ইমানা, ইমা-ইচাগী থৱায় কনবিরে। *(তেংথারগা কপ্পা। পাম্বোইনুনা মমাদগী নাম্বোক্লগা, মকোক খুমদুনা মচেমগা মতৈগদা খুরুম্মী )*

থরাকলৈ : *(থরাকলৈনা শাউনা ঙকপগা লোয়ননা)* এ ! এ ! নঙবু ঙাওরব্রনহে, কনাদনো নঙনা খুরুম্মীবদুবো ? এ : মকোক্তা খুম্মদনা ! মাঙঙেদনা মাঙঙেদনা, লোইরেদনা ঐদি, ইচাসে পুমঙাও হেক ঙাওহল্লেদনা ইমুংসিনা ।

চীংলেম্বী : ইচেমগী ইবেম্মা, নুংঙাইরেদকো নচেমদি, ইচিন-ইনাও পুল্লনিদো ঙসিদগী । *(কোনখৎখিবা ।)*

থরাকলৈ : মদু য়ারোইনেহে, নখয়াংতো শেৎলুরা নঙ, লাও কান্নরোই, মসিগী অঙাংসিবু করিনোনেহে । *(মখূৎতো পায়রগা চিংথোক্কে তৌবদা, চীংলেম্বী শৎ লাউনা খুরুম্বা )*

চীংলেম্বী : ইমা, নচানা পুনেমজরি, মোই তাচৌ ইমাদা পুনেম্বীয়ু, শিলহৈবা ইমাদা পুনেম্মু অদুগনে ইবুংঙো ইমুংদা চঙঙু। *(শিলহৈবা ইমুংদা চঙহনখিবা)*

পান্থোইনু : ইমা, শাউবিগনু, ইশানা য়ানা ঐ লাকখিবনি । তা শিলহৈবগী তুং ইঞ্জরক্তুনা যূম্নাক অসে হোংঙগে যূমগী মৌ ওইজরগে হায়দুনা ইশানা খঙনা খোঙ থাঙজিনজরক্লবনি।

থরাকলৈ : করি হৈরেদা *(চোংশিল্লক্তুনা মশমদো ফোইরগা, মচানুপীদো দম দম ফুথরকই চৈবসু লেপ্লে)* নঙ অমা চাউনবা য়োক্লকপদা, মতম কয়াম চঙঙি ? পৈশা কয়া চঙঙি? নঙনা চৎনিংঙে হায়দুনা হেক্ত চৎপা য়াবরো ? করিগী ইমুংসিদা ইচা থাজদৌরিবা? মদো শুকওই ওইথোক্লরোইয়ে ।

*(মচাবু চিংদুনা পুনবা হোৎনবা)*

তোমথিন : ইনে, ইনেগীদি ইচানেনা ফুবিরিবদো, যূমসে ঐগীনি। হৌজিক্তি ঐগী ইনাওনা লৌরিবা ইনাওনুপীনিদো ইনেনা নখূৎ চানা ব্বারকপদো ইয়ূমদা ওইরম্মবদি ফগদবনি। হৌজিক্তি মতম হেল্লে, খোঙফমদো হন্দোকপীয়ু ।

থরাকলৈ : নঙ অমা পোকপদগী থরাকলৈ ঐগী ইথক্তনে মীনা ব্বা ঙাঙহল্লিবনি । নঙনা করিগী মফমসিদা লৈদৌরিবনোনে, লাকওনে চৎশিনে নঙবু *(চিংবা লেপ্লে)*

পান্থোইনু : ইচে, *(কপ্পা)*, ইমা ঐ চৎলোইয়ে, ঐ লৈহৌরগে, ঐ ইখূৎসে থাদোকও । *(মমা মচা চিংনবা)* ইচে, ইচে *(মচেদা খাম্বীয়ু হায়বগী মোৎত মখূৎ তিংথোরকপা)*

চীংলেম্বী : ইবেম্মা, ইচে লৈরি ইনাওসিদি *(পান্থোইনুগী মখূৎতা পায়রগা ফৎ লাউনা চিংশিনবা মনাওনুপা কৌরগা)* ইতৈমগী ইবুংঙো, শিলহৈবা, সে ইনাওসে পুশিল্লু । ইচেমগী ইবেম্মা, চঙঙু হৌজিক্তিনে নচেম ঐ লৈরি । *(শিলহৈবা থোরক্লগা পান্থোইনুবু ব্বাঙাংদনা মখূৎ পায়রগা চঙমিন্নখিবা । থরাকলৈমনা তান্নগে তৌবদা, চীংলেম্বীনা ফৎ লাউনা চঙশিল্লক্তুনা ঙাকপা)*

চীংলেম্বী : হৌজিক্তি মতম হেল্লে । ইমাসু য়ৌবিখিবা য়ারনি, হৌনবী মতুংইন্না হয়েং নোংঙাল্লগা অহল- লমন থাজরক্লগে । সিবু মীনা তৌনদবা থবক্লো, পীতৎ- পাতৎলে হায়দুনসু হন্থনা য়েংবিগনু । ময়াম্বগা মতৈমগনা ইনাওগীদমক্তা চাউথোক চাউনা পাম্বোম তীংলি হায়বসে কাউবিগনু । মোই- তাচৌ, ইমুংদা অঙাংশিংদো অমুক্ত য়েংশিনবিয়ু। ইবেম্মদো য়াম্না পাখৎখিবনি ।

*(তোমথিনঙানবসু তৌফম খঙদনা চঙখিবা )*

থরাকলৈ : করি, মতম হেল্লে কাইদনা । ইবেম্মা, ঐগী ইচাদো মবূক য়াম্না চাউবনি, শেৎকেদ- চাগেদা মনীং তৌবনি; ইমুং শক্তাসিদনে ঊতিন্নগা চিকপীনি ইচাদো, মীরাং মহুমসিদগী তারকপা তিল্লাইখোম্বীনা এলাজি তৌরনি ইচাদো। ব্রাগী ব্রা চুম্না ঙাঙনবসিদা য়ানসি। মসিদা য়ারক্রুগদি থরাকলৈ ঐনা গ্রো গ্রো ওখায়গনি। নশমদো খুদাং য়েংলগা হায়য়ুরো।

চীংলেম্মী : ইমানা ফুদনবু কনানা ফুবিগদৌরিনো? ইমানা চৈদনবু কনানা চৈদৌরিবনো ? অঙাংশিংসে শূ-নোম্বা কঞ্জবনি, নুংঙাইজরক্কনিদা ইমাসিদি ।

থরাকলৈ : হে, ইমুংসিদনে খোঙয়া উফূল মরিক অমত্তা তাহন্নিংদেনেহে৷ নঙ ভাব তাদ্রমাল্লেনে, শুকলৈ লৈহন্নিংদে হায়বনিনে, শঙ্গ-মোৎ ওইনিংদে হায়বা, তুমিৎ-খুদাং মচাশিংদি ।

াং লম্বী : *(তপ্না অদুম খুম্মী)* ব্রাহে হায়বসিদি শিদ্রিফাওবা কাউররোইদবনি, অশাউবা হায়বসিদিনে নোংমা ইংখিনি। ঐগী ইনাওদগী ইমাগী ইচাদুনা করিবু হেল্লিবগে? ইমাগী ইচাদুনা নৎত্রা, ঐগী ইনাও তুমিৎ-খুদাংগী মচাসিদা য়ূমগী মৌ ওইরনি হায়দুনা লাক্লিবসিবু । ইমাবু করিমত্তা খন্থবিদ্রিবা করিগীনো ?

থরাকলৈ : *(খুকাপ্পি তোক লাউনা কাপশিল্লগা)* হে, হে, অদু ওইরদি খঙনি, ইমুংসে হুপ্না লোকঅপ্তা থমজিল্লগা ননমদো থিংনা নৈখায়হনগে। হো ইবেম্মা, নুংঙাইরনি, হোরেলদগীদিনে থরাকলৈ ঐনা ওৎপদো য়েংঙুকো নমিৎ থিংনা। *(প্রোক প্রোক চাক্লা চংখিবা)*

চীংলেম্বী : হে খোইয়ূম লাই, তাইবঙ শেম্বা মপু, হাদ পম্বৌ ঐগী ইনাও শিলহৈবনা পুরকলিবা ইনাও পাম্বোইনুগা অনীসে পুন্সি লৈপুল শেম্বিয়ুকো। অৱাবা নুংঙাইবদি ময়াম্বা মতৈম ঐগী ইথক্তা তারবা নোংদম্বগী নোংদমখোলনি। অৱাবা কয়াসু খাংবা ঙমজগে। ইতৈমগী ইবুংঙো শিলহৈবা ইনাও পাম্বোইনুগা নবানি মাইকৈ খরা থৈনবা তৌ। মোই তাচৌ লৈকায়গী অহল- লমল খরা উন্নবিনবা তৌবিয়ু। ঐগী ইচন্দো হরাউবগী মথক্তা পাখৎখ্রবনি। ইবেম্মা, ইনম্মা লাকএ, ঐ চঙঙকএকো।

*(ঙাং- ঙাংলগা চংখিবা )*

*( ফীজঙ)*

# ৭শুবা উৎপা

*(লক্ষ্মীদা)*

তোলেন : লৈপাকসিবু করি থোক্লগবা, হয়েং নোংঙানবগা করিবু লাক্লগবা লুখ্রেদকো। লক্ষ্মী শরক্তগা ঙাইহাক্তং লেপ্তুনা লৈগদবসে মীহুনসে শ্বাই- শ্বাই হেক লাউই।

তেলহৈবা : মাম্ম, মাম্ম তোলেন নৎতবরো ?

তোলেন : হায় হায় কনানোনেহে নহাকপু, নহাকপু কনানোনে? ঐনা উখি লাকখিবগুম তৌইনে !

তেলহৈবা : মাম্ম, পেন্সন ফংঙবা মতুংদা হেক্ত কাউনবরা ? অহল ওইরকপনরা, না- গসে হেক্ত পঙনবরা ? ঙসিনে হায়দোরক্লবদি খংশাউ হেক শাউনিদো।

তোলেন : নত্তেনেহে ইবুংঙো, ঐসে তশেংনা খঙদদনা তৌনি, নহাকপু কনানোনে ?

তেলহৈবা : মাম্মনা খঙদ্রগদি হায়রক্লগেকো। মাম্মহোয়ননে নুংতিগী একা ফাবি শান্নেদনা মদুদা অঙাং অমা য়াওইদনা, চুরুপ লৈরুচো হেক থাবদো।

তোলেন : আ: আ: অদুদি ইবুংঙো তেলহৈবা নত্রনে ?

তেলহৈবা : খঙঙিনিদো হৌজিক্তি মাম্ম, খঙলবো মাম্ম ?

তোলেন : খঙঙে- খঙঙে, ফৈহে ইবো, একা ফাবী শান্নরমদ্রগদি ইপা- ইচা খঙনরম্মোইদো, নঙবু কৈদৌবা লাকপনো?

তেলহৈবা : মাম্মা, ঐখোয় ইচে পাম্বোইনুগী লুহোংবগী মাম্মনা অরাঙফম ওই হায়বদুদা হায়বা লাকপনি।

তোলেন : কৈদৌঙৈনোনে ? ঐবু শংগদ্রা? দাইরিদুদা য়েংদ্রবদি ঐসে খঙঙোইদকো ইবুংঙো ।

তেলহৈবা : মাম্মনসু শংদ্রি, ঐখোয় ইচেসু মেন তাদ্রি, অদুক হায়জিল্লিবা হায়দুনি । মাম্মননে শোয়দনমক্কী অরাঙফম ওইদৌরবনে । অদো মাম্ম, হয়েং দক্ষিনা থারকপদা হাপচরক্কে, লুপা ৫০ খক্তা পুগেদনা ।

তোলেন : ইবুংঙো তেলহৈবা, নঙনা হায়রকইদো ঐনা হেন্না পীনিংঙিনে, পেন্সন ফংঙবা মতুংদা ঐনা তৌফম খঙদ্রদনা মতম লেন্নবা তৌবনে । অদো ইবুংঙো, নঙ ঐবু শোয়দনা অরাঙফম ফমহনগদ্রা ?

তেলহৈবা : করিনোদ মাম্ম, হৈগে হৈয়ু, হৈরোই তোকচৌ খঙনা চান্নবা হায়বসিদা খরা ডিম্লপ ওইনবা শেমগৎমিন্নরগা লোইরে । কদায়নোনে লু : ৫০ পীরকউনে ।

তোলেন : সে, সে নঙনে শোইবা য়াদেকো , অরাঙফমদো ঐনা ফমগেকো । অ... ইবুংঙো মী তানি ঐ কৈনোমত্তা হায়গেহে। নঙনে অরাঙফমগী পাউসে, ঐনা ফমননবা, কর্ম্মসে খরা খরা পুশিল্লকউনে, পার্সেনটেজ খরা খরা খাইগে ।

তেলহৈবা : অস! মাম্মা অদুগীদি, ঐগী কোলিগসে য়ামখ্রেদা, থিংবাইজমগী থিবাদুসু শিদৌরে হায়বনি। চনম্বম চম্প্রাদুসু লোইদৌরে হায়বনি মাম্মা, ঙাইখো অদুদি মাম্ম, ঐনে জ্বার শান্নবা চৎশিন্নগে । অহলদুগী শঙবা শাজিন্নরগা মাম্মবু অরাঙফম ফমহনসি হায়না হেক্তা হৌদোক্কে। মদুগুম্বগী ৱারীসিদি ঐঙোন্দা হেক্তা শিন্নবিরকউ ।

*(তম্ফাজাওসু ৱার্কিং চৎপনে হায়দুনা প্রপ প্রপ হেক লাকই। ফৈজোম মপাল থেক্কৎলগা, উরৈরোম ফি... লেঙবানদা য়াল্লগা ফুরিৎ অঙৌবা হাফ অমা লিংলি।)*

তম্ফাজাও : হাই ইবুংঙো তেলহৈবা, হৈমা, তাদা তোলেনসু লৈবিরম্মী, করি মতাংবু খন্নরম্মিবনো ?

তোলেন : অ.. ইবুংঙো লৈরম্মিবা! *(মখা তাবা নংদ্রিঙৈদা তেলহৈবনা শৎ ওক্লকই ।)*

তেলহৈবা : খুরা, খুরাবু থিজরকপনিনে, লাইওইবনা তম্বীরক্কনা হেক থেংনজরেদো । খুরাবু ৱারী লাইরিকসু তৌই, লূহোং খোংদোংবগীসু শোল্লি হায়নে, চুম্মীব্রনে খুরা হায়রিবা পাউসিবু ?

তম্ফাজাও : *(নোকফেৎ তৌনা)* হা..আই ! ইবুংঙো, নঙবু কনাদগীবু তাবনোনে,ওন্থোক্লা চুম্লা তাখ্রেদকো, মপাবু অমত্তা শোইনেহে । অ: কৈদৌবৈ লৈরে, মীশি মীনাগীদি অদুক লৌদে য়াদবগী চেপাউ অদুক লৌরিবনি, লূহোংবসিনিসে ঐনা হেক থৱায় তানা লৌজরিসে ।

তোলেন : *(খৌদেম্মগা)* অহম...হম.., ইবুংঙোসু চঙসিল্লবরনে লম্বীদুদা ?

তম্ফাজাও : অহ..হ.. *(খৌদেম্মগা)* অদুক লৌরিবা হায়দুনিদা তাদ, লম্বীসে থীরকপদা পুক্লিংসে খরা ইংনা থৌগাইব্রা খনবদগী...।

তেলহৈবা : খুরা, হেক্তা পুনেমজরি লম্বীসু ওইসনু, ঐগী ইচে পাম্থোইনুগী লুহোংবসে খুরানা হেক্তা শোনবিরো। মী অতোপ্পা নেকচররোই।

তোলেন : *(ফৎ থেক্কৎলগা )* ইবুংঙো তম্ফাজাও, ইনাওগী লাইনীং ধর্ম্মদি, করিদা অ: বেদ শাস্ত্রদা ৱারীসে লীবরা, নামসে শোনবরা ? মন্ত্রনা করি করি হরি নাম ফারিবা ?

তম্ফাজাও : করিদি ওইনি? হায়বগে তাদ, ননাওগীদি পোকপা শিবা অনীগী লংদাইদা লৈবা ইয়েক্লোন চারগা চায়, লৌরগা লৌই, পোকপীবনা শিবনি তেংপানবা মপুগী মীংখৈ নত্তনা করিবু শোন্নি হায়গেনে তাদা ।

তোলেন : ইবুংঙো তেলহৈবা আ নচেগী অরাঙফমদো ঙসিদগীদি পুমতোক, অরাঙফমদো অমা নেক্লুচো, ঐরা শংদে, হে- রা *(শ্বর শাংনা হোনবা)* ।

তেলহৈবা : করি ৱানোদা মাম্মা, থৌরম অমগী থৌগাইনবা হায়রকপদুবু করি মতাংদগীনো মাম্মনা পূক্লিংসিবু হেক্তা থৈবীরিবসিবু?

তম্ফাজাও : ইবুংঙো তেলহৈবা গৌর - ধর্ম্মনা অরাঙফম ফমগদবা ফিদাদুদা মৈতৈ ঐনা হেক্তা শোল্লগদবা নত্তে । ঐ শংঙোইকো , কনানো অমা নেকলুচো ।

তেলহৈবা : হোয়- হোয় নেকপা নেক্তবা হায়দুনা মাম্মগা খুরাগা ঐখোয় ময়াম পূল্লগা তান্নবা হায়দুনি । খুরা তম্ফাজাও, লুপা ৫০ খক্তংগা অমুক্তা ঐবু থবক অমতংগী পীয়ু হায়সিরনে। অ... ঐ শোয়দনদি শিংজগে ।

তম্ফাজাও : হাই কৈদৌগে হায়বনোনহে , শৈশা হায়বদুদি অরাইবনিনে লাইনিং লাইশোন নত্তবনিনা, অ... ইবুংঙোদি হান্না খঙইদুনিকো। সে সে লুপা ৫০ সে লৌরো, তৌবতদী ৱাকচীং থা য়ৌরকক্রিঙৈসিদা খরমখৈদিনে অ ...খুরানা হায়বদো, ঐ অদুম খাইনিদা ।

তোলেন : ইবুংঙো তম্ফাজাও ইচিন ইনাওসে নুংশিনখ্রপোৎনিদকো, পেন্সন ফংঙে, থা পংকান কান্নরকপা নত্তে, নয়াম্বনা নুমিৎ-থা উবা হাল্লি । নয়াম্বনা চৎলিবা লাইনিং- লাইশোনদো হেক শোল্লগা ইনাওনা ৱারীদো হেকলীরবদি! নুংশিবনিদকো ইনাওগী খোল্লে খোন্দাদো।

তম্ফাজাও : হেরা তাদ নুমিৎ-থা উবা হানবনা ব্রেনসে খনা খরা লৈরবরা? ননাও ঐগী অহাঙবা লম্বীসিদা চৎমিন্নসিনে তাদ ।

তেলহৈবা : মাম্মসু খুরাসু নগুণ-ইগুণ খঙনরবা ঙাক্তনি। জার শান্নবা য়ু থকপনা ব্লারী লীরগা, অরাঙফম ফম্লগা করিবু কান্নদৌরিনো? ব্লারী লীবনা করিবু থোক্কদৌরিবা ? পেন্সন ফংঙগবু তৌফম খঙদেনা তাপ তাপ হেক পায়শিল্লগা য়োংনা চু পায়দুনা। সমাজসিবু মপু পানদ্রবরো ? ঐনা ঐনা তৌবসিনা লোইনা হেক্তা ফরে শক্লবরো ?

তোলেন : হেরা ইবুংঙো তেলহৈবা, হৌখিবা ব্লারীবু পুথোক্কুনা সুম ঙাঙবসিদি, কদায় ঐগী লুপা ৫০দো পীরকউ । নঙনে বার্ত্তনগা অমত্তা পুশিল্লক্কনু, নহাক্লা হায়বদা ঐনা সুকয়া য়াদৌ নত্তে ।

তম্ফাজাও : ইয়া, মচোং-পাক নাইখিদ্রেদা। য়ু-থকপা জার শান্নবা কাইনা, লেংবা য়াদবদা খুদোম্বীনা চক হেক্তা থিল্লগা হায়রকপা । ব্লারী লীববু করি হৈদোইনো কাইনা । কদাই কদাই ঐগী লুপা ৫০দো পীরকউ, ঐনা ঙসাই হায়খিবদো নঙ সুংপু পুশিল্লক্কনু।

তেলহৈবা : লুপা ৫০দুবুদি পীরগেনে খুরা, মাম্মগীসু পীরগে মাম্ম তোলেনগীসু ঐনা চপ চানা নগুণ খঙই। খুরা তম্ফাজাওগীসু ঐনা লোইনা খঙদনা লোইরবনি । অরাঙফম ফম্মীবদুবু কয়াম হৈরবা, ব্লারী লীবনা কয়া খঙঙবা। অদুগসু লাইনীং ধর্ম্মগী মরমদা য়েৎন- শারদনা, লাইনীং ধর্ম্মগী ব্লা নত্তে, ঐগী ইচেগী লুহোংবদা অরাঙফম ফমদবসু য়ারোই। ব্লারী লীদবসু য়ারোই। তেলহৈবগী মচীং অরাঙবদো হৌরত্তুনা ব্লাকোক্লা লোইনা কনথৎকনিকো। মোংদনা থীদরকপদো য়াওরিনে থীদরকউরো হৌজিক, ওক!

তোলেন : হাইস ! মসিগী অঙাংসিদি মওং অমনিনা । *(মতোমতা তুমিন্না)* ঐগী ৱারিদো লোইনা লীথোরক্লবদি ঐনা অরাঙফম তেক্লি-তেক্লি তৌখৎলকপসি মী অমত্তনা হায়বা লাক্লরোই, অদুনদি য়াশিন্নদবা য়াদেসে। ইবুংঙো অমুক্তং খন্নসি, নঙগী ৱাখল্লোনদো অমুক্তা হন্থখো ।

তম্ফাজাও : *(তেলহৈবগী লেংবান্দা পোপ পোপ থারগা থেমজিনবা)* থিদা মসিগী অঙাংসিদি, নঙগী খুরাবু তেলহৈবনা হায়বদা য়াদবা করিবু লৈগেনে ? ঐগী ৱারীদুদি নঙগী য়ুথক অমুক্তা লোইনা লাউথোরক্কুনা, ঐগী ৱারী লীবগী চেপাউগা অমত্তা লাক্তদনা তোক-অরনি ।

তেলহৈবা : অদুদি খুরাসু মাম্মসু য়ান্নরেকো ৱাফমসে । খুরা তম্ফাজাওনা ৱারীদো লীরম্মগনে ফুক হেক হৌগৎলগা ৎেপীখ্রো, মাম্মা তোলেন্না অরাঙফম ফম্মগা অদুম লোইদ্রিফাও লৈবীরো ।

তম্ফাজাও : তাদ, লম্বীবুদি মান্নদে অদুবু অঙাংসে মঙাও থী নুমিৎসিমদি ননাও পাঙথোকচরগেকো ।

তোলেন : অ... ইনাওগীদো অদুম পাঙথোক-ও, ঐগীসু কর্ম্মদুমদি থৌবু ওইরবনিনা তৌদ য়াদ্রেকো ।

তেলহৈবা : খুরাগা মাম্মগা য়ান্নরেকো ৱাফমসে। ঐখোয় ইচেদো, লুহোংবরা লুহোংদবরা খঙদ্রেদা, ঐখোয় ইমাদো শাউরি, ঐরা য়ু থকপা চৎলে । খুরাগা মাম্মগনে থোকপা তৌবীহৌরো *(ফৎ লাউনা চৎখ্রে)* ।

তম্ফাজাও : *(ঙহাক ঙক্লুরগা)* হেরা মদু হেক্তা য়াবরদা *(তান্নখি।)*

তোলেন : মীমাঙ পুমাঙদা চঙশি-শিবা থবকনিনে মসিদি । লৌদবসু য়াদগুম তৌ, চৎলুরগনা হেক থৌওইরকঅনু, মীগী মমাঙদা চঙশি হেক শিবা । হেরা! অশেংবা অমা খঙদবা য়াদেদা মসিগী অঙাংসিদি । *(মাসু তেলহৈববু তান্নখিবা)*

*(ফীজঙ)*

## ৮শুবা উৎপা

*(তোমথিনঙানবগী য়ূম। পান্থোইনু লাকপদগী তোমথিনঙানবগী ইমুং মনুংদা পংনুংদা নুংঙাইবা, হরাউ- তয়াম্না লৈবগী মতৌ ওইরি মচন্নুপী চেংলৈলৈমসু মনম্মা অতোম্বী লাকপগী হরাউ- নুংঙাইনা লৈজবগী মওংনি। চেংলৈলৈমা ঈশৈ শল্লকই।)*

মপু মাগী নোংদমখোল
কনানসু তম্বা ঙল্লোই
তাইবঙ মপোক কুমহৈ
মীকুপ খুদিং লৈচননি ।।

হরাউ নুংঙাই তান্থাদা
মালং শহুম্না হুন্নক্লে
চোইর শল্লাং মরুমদা
মায়থোং চেংলৌ লোৎচখিগে ।।

ঙরাং ঙসি অনীনা
থাচৎ থবান তাইরক্লি
খুদুম শিংনা লাকখিবা পুন্সি
মীকুপ শিমত্তং মোমোন নোকচরি ।।

*(ঈশৈ শকপা হেক লোইরকপদা মকোক খংঙাও ঙাওরকপদা মকোক পায়শিল্লগা মশাদো হায়রকই :)*

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, তাচৌ, তাচৌ *(কৌরম্বদগী)* ইমা ! *(খংকৌ কৌরম্মগা হ্নাইথরকপা)*

চীংলেম্বী : *(ফীংনা চেম্থোরকই )* ইবেম্মা, ইবেম্মা, মোই তাচৌ, ইবেম্মা কৈনোম তৌখ্রে ! ইবেম্মা, ইবেম্মা, সে ইনম্মা লাকএ, কৈদৌরগে? কৈদৌরগে হায়রোমি । *(মচন্নুপীদু মতম্পাক্ত কোনখৎলগা থম্মী। তোমথিনসু ফিংনা চেম্থোরকই, শিলহৈবসুময়াম্বগী মতুংদা চেম্থোরকই ।)*

তোমথিনঙানবা : ঐখোয় ইবেম্মা কৈদৌরে হায়বা ? ইবেম্ম, শেনেহে নবুং লাকএনে ।

শিলহৈবসু : ইবেম্মা, ইতৈমা ঐখোয় ইবেম্ম কৈদৌরগে ? *(ঙাংনা- ঙাংনা মচন্নুপীগী মখোঙ মখূৎ পায়দুনা য়েঙবা)*

চীংলেম্বী : ইবেম্ম, ইনম্ম লাকএ, নখোয় তাচৌসু, তাতোনসু লাকএ, য়েংঙো ঐখোয় লোইনা লাকএসে, কৈদৌরগে? কৈদৌরগেমি ? মোই তাচৌ, ইবেম্মসে কৈনোম তৌরে, ঈশিং খিত্তা পুথোকপীরকউ মচিনবানসে খ্রক খ্রক কংখ্রে ।

শিলহৈবা : ইতৈমা, ঐনে মখোঙসে নোইরক্কে ।

*(মবুং অহন্নসু ঈশিং পুথোরক্লগা লরাইদা খরা হাপ্পগা মমায়দসু খিকচিল্লি ।)*

তোমথিনঙানবা : ইবেম্মা, ইবেম্মা !

*(চেংলৈলৈমসু তপ্না তপ্না লৌশিং লাকই, স্বর হোল্লকই)*

চেংলৈলৈমা : অ: অ:.... *(খজিক- খজিক লেঙঙকই)*

চীংলেম্বী : *(হরাউনা)* মোই তাচৌ, ইবেম্মসে স্বর হোল্লক্লে, তোম্বা ইবেম্মসে স্বর হোল্লকএ। *(হায়রগা মনম্মদা ইনবা ইন্নফিদো থোক লৌথোক্লগা মচন্নুপীদো ইনবিবোই কোনবিবোই তৌরগা কোনশিল্লি । মচন্নুপীগী মশাদো থক-থক নীকপদুদা পাখৎনা)*

চীংলেম্বী : হৈমা, মশাসে থক-থক নিকইনহে, মোই-তাচৌ, ইবেম্মসে ডাক্টরদা পুরসি ।

তোমথিন : ইবেম্ম চৎসি, ডাক্টরদা চৎসি। *(মচন্নুপীবু পম্মগা চেনখিবা)*

চীংলেম্বী : ইনাও, ঐবু ফি অমত্ত পীরকউনেহে, ঐবু ফি অমত্তা য়াওব্রেনেহে, ইতৈম্মগী ইবুংঙো, নঙনে য়ূমসিদা ইনাওগা লৈমিন্নরম্মু। করিগুম্বা পাউ হায়রকপদা হো-হা পাউ ফাওনসিকো । নতৈমা চৎলগেকো । *(হায়রগা ফিংনা ইন্নফিগা অমত্তা য়াওদনা চেনখ্রে ।)*

শিলহৈবা : হোই, ইতৈমা ঐ লৈহৌরগে, অদো পাউদো খরা থুনদি হায়রকউকো । পান্থোইনু, নঙ হৌজিকফাও কৈদৌরি? নঙ ইমুংসিগী মী নৎত্রবরো ?

*(পান্থোইনু মপোপ কায়দনা থোক্লকই, ফিজোলদি মৈতৈগী ফিজোলদনি)*

পান্থোইনু : ঐবু ইমুংসিগী মীরো? ঐবুদি কৌবিরক্তবা অদুদা থোক্লক্ত্রবা!

শিলহৈবা : করি নঙ হৌজিকপু মদুগী মতমলো? কৌরকপা কৌরক্তবা নারিবসি কনানো ? হান্না নাবরো ? খুদক্ত থোকপা নত্তরো ? করিমত্তা থৌ-ব্রা শাদদনা, নঙ পংহেন হেনগৎলক্নু ।

পান্থোইনু কৈনো, কদাইদা হেনগৎলি ? ইমুংসিদবু ঐগী হক লৈরিবরো? নতৈমা ইমা শকপীদুনা ঐগী মীং কৌবিরকপরো? কৈদৌবগী থোক্লক্তোইবা ? ঐগী করি দরকার লৈরদনা ?

শিলহৈবা : অস! করি ওইরমগবা ? হে, নঙ য়ুম কায়ননবা শিল্লকনুকো। ইমুংসে মীংচৎ থীহনগেসু খল্লক্কনু । য়াম্না ইংনা চীক্না পানবা ইমুংনি । ঙসি ঐনা ঙাংলিবা খোলসে নঙঙোন্দনা অহানবনি।

পাম্বোইনু : চিক্তদি, ইংদদি, নুপানা পানবা ইমুংসু নত্তনা, নুপীনা পানবা ইমুংদিনে ইংবা তাবনি। ইচেম শকপী, ইমাগী শায়োল পুবী নতৈমদুগী খুদোম্বীদা উরু- উরু ইল্লবনিনা। ঐদিনে শুকইন ইল্লোই, য়ারে লৈনি, য়াদ্রে চৎখিনি ।

শিলহৈবা : করি? *(খূৎপাক্লা শেৎ লাউনা থাবা)*, ইমুং কায়ননবা শিল্লকপদি শুকয়া য়ারোই। ইচিন- ইনাওবু থুগায়বদি শুকয়া য়ারোই। লৈগে হায়রগা লৈয়ু, চৎকে হায়রগসু চৎখ্রো। অঙাং নারিবসিদা করি তৌবনো, কৈদৌগদগেদি হংদদনা। হে, নুপীনা ঙম্মগা চৎকদবা নুপাদো ঐদি নত্তেকো ।

পাম্বোইনু : ঐনা হায়রবদি কদাইদগী য়াগদগে? ঐবু কৈদৌবগী লৌবিরিবনো ? নখোয় ইমুংগী লোলচৎসিদনে, ঐ শুকলৈ লৈনিংদেয়ে । থিল্লু, ইপামদা থিল্লু, য়াম্না ইংনা চিক্না পানবা নখোয়গী ইমুংসিগী লোলচৎসে, ঐখোয়গীদদি চৎনরক্তবনিনা হৈনদ্রে, অদুনা থিনবিরো ইয়ুমদা ।

শিলহৈবা : এ : এ : নঙ য়াম্না চৎনিংঙদি চৎলু লাওনে, নমাদুদা শিন্নবিগে লাও, চৎলু লাওনে *(হায়রগা মখূৎ পায়দুনা চিংবা, পাম্বোইনুনদি চৎনিংদবগী খাংবা, তাল্লক্তুদা থরাকলৈ লম য়ৌনা কেরগা, খাওদা পোৎচৈ খরা হাপ্লগা, বেগ অমা লেংবান্দা য়ানশিল্লগা চঙঙকই। মচানুপীবু চিংবদু উবদুদা শাউনা হায়রকই। )*

থরাকলৈ : করি, নঙনা ইচানুপীগী মখুদাং পায়রগা শোরো শোরোকা চিংলদনা ! মসি থোক্কনি হায়দ্রা ইবেম্মা নঙোন্দা, হঞ্জিন- হঞ্জিন? হে হে থরাকলৈ ঐগী ইচানুপীবু করিসু লৈতবা নঙগুম্বনা ... ।

পান্থোইনু : ইমা ! *(কৌদুনা কপ্পা)*

শিলহৈবা : য়াম্না ফরে, ইমানা ঙসি লেঙবিরকপা । হেক তৌরগা করিসু লৈতবা, করিসু লৈতবা হায়না ইমানা হেক- হেক হায়বিরিবসিবু করিগীনো ? ঐনে থকশি থৌগায়রোলদি ঙাকনিংঙি ।

থরাকলৈ : ইবুংঙো, করিসু লৈতবা হায়বদিনে পীতৎ- পাতৎপা, লায়র- চুদৎনবা হায়বনিনে, ইবুংঙো নঙ খঙদ্রমাল্লে । *(মমাগী ৱাঙাঙদুদা পান্থোইনু পাখৎনা থামজৈ ।)*

শিলহৈবা : ওহ্ ! ওহ্ ! ঐখোয়গী তাচৌগা- ইতৈমগনদি ঙসি ফাওবদা মথক খোংবদা হঙ্গৎনা খুম্মু হায়বগী চৎনবীসে তাকপীদে। অদুবু ইমানা হায়রকপা ৱাহৈদুগী মতুং ইন্না ইমাদা পাউখুম পীজরক্লগে ঐসে পীতৎ- পাতৎলেকো অদুগা ইমাবুদি নকোক য়াওরিবরো ? নচানুপা য়ু থকপা অমা লৈরিদুরা? নচানুপী লমকেৎ লমহাইবী অমা লৈরিসিরা ? ইমানা পাল্লিবা- য়ুম্বালদুদি লুখ্রাবী য়ুম্বাল নত্তে হায়রিবরো ? *(থরাকলৈদা অসুম্না হায়রম্লগা পান্থোইনুদা শৎ লাউনা ওনশিল্লক্লগা)* হাই নঙ য়ুমসে থাদোক্তুনা চৎকে হায়রবসু চৎখো । *(মসি হেক হায়রকপগা থরাকলৈ শাউনা খুল্লকই )*

থরাকলৈ : করি ! নঙগুম্বনসু লুখ্রাবীকা হায়রদনা *(ফন হেক চোংশিল্লকপদা শিলহৈবনা মায়োকনৈ)*

শিলহৈবা : হায়গে য়াওনা হায়রিবনি, নচানুপী পুগেসু পুবিখো, হাই নঙনে য়ুমদা লৈরম্বা য়ারোই, ঐ চৎলে । *(য়াম্না শাউনা থোকখিবা )*

পান্থোইনু : ইমা, ইমা নঙ লেপ্লোমি, অমুক্ত তপথখোবা *(মমাবু থামজৈ থরাকলৈদি শাউবা হন্দ্রি, স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লগা মখা তারকই । )*

থরাকলৈ : *(পাম্থোইনুদা শৎ ওনশিল্লগা)* ঙসি নঙ যূমসিদা লৈহৌবা য়াররোই, নঙগী অউনপোৎ পূম্নমক গাড়ি কৌরগা লোইনা হাপচিল্লগা পুগনি। লোইশিল্লো। চৎলো, নফি নরোলদো লোইশিল্লুরোচো। করি মাগুম্বনসু থরাকলৈ ঐগী চিন্থক্তা খুম শারদনা। লোইরে, ঐ লোইরে, মসি পূম্নমকসে নঙনা থোকহল্লিবনিনে, নঙনা থোকহল্লিবনে *(মচানুপীদা ফন চোংশিন্দুনা মশমদো তাপ ফোইরগা কিৎ কিৎ নমদুনা ফুই। মচানুপীসু লেপ্পে।)*

পাম্থোইনু : ইমা, ইমাসুনি, ৱা- ঙাঙবদা খরা খিৎ ব্রেক ফাবিরবদি ফগদৌবা। ফরবসু ফত্রবসু ঐ অমা য়ূমসিদা লৈরিবনি, মীগী মচাবু ৱাহে খুদিংগী পীতৎ- পাতৎপা, তুমিৎ- খুদাং মচা, কনানবু শাউরোইদৌরিবনো ? ইমাসু খিৎ হেনমনখ্রে।

থরাকলৈ : করি নঙসু অমুক য়াওশিল্লবা, নঙনে ইমুংসিদা লৈগে হায়রগননে নঙ শিবদা ঐ চঙঙক্তবা, ঐ শিবদনা নঙ চঙঙক্কেবা... ।

পাম্থোইনু : ইমা, মদু ওইথোক্লোই, ইমাসু অশাউবা খরা ফাথবিয়ু, ইমাননে হন্থ হন্থননে ঙাঙবসে খরা লেপ্পিয়ু ।

থরাকলৈ : লাওনেহে, চৎসি লাকওনেহে। ঐনে প্রোক- প্রোক চাক্লক্লেদকো। ঐনে মফমসিদনে খোঙ্গুল তানিংদে হায়বনে, লেপ্লিংদে হায়বনে। *(মচানুপীবু শ্রো শ্রো চিংবা। পাম্থোইনুদি মমাগী মখূৎতো ফৎ লাউনা কপ্থোক্লগা)*

পাম্থোইনু : ঐ ঙম্মোই হায়বনে, চৎপদো শুকঙম ঙম্মোইয়ে ।

থরাকলৈ : ফৈ- ফৈ, নঙ লৈহৌরোকো। ইমুং অসিদনে ঐ অমুক হন্না ইখোঙ তারক্কনি হায়বদিনে অমুক খল্লুরনুকো ।

পাম্বোইনু : ইমা নঙবু অমুক্তা তপথখোমি । ইমানা লুখ্রাবি ওইরে, ইপা লৈবসু নত্তে । ইপ্পানা য়ু থক্কুনা লৈরে । ঐনা অমুক য়ূম পাল্লুরগা হল্লক্কুনা লৈরবদি ঐনা করিদা নুংঙাইগদৌরিবনো? মীনা করি হায়নগদগে ?

থরাকলৈ : হো, ফরে-ফরে, নঙ য়াম্না হৈরেকো, মমানা মচা পোকপনিনহে, মচানা মমা পোক্তবনিনহে, থরাকলৈ ঐদিনে ইমুং অসিদা খোঙ্গুল অমুক হন্না তাবগী ৱা লৈতে। নঙনে ৱা হায়বিগেকো, ঐ অমা লৈরি হায়বসে শুকখল খল্লক্কনুকো, ঐ চৎলে । *(মখোঙ থিল্লম্লগা চৎখিবা)*

পাম্বোইনু : ইমা, ইমা, ঐখোয় ইমাসে ভাব তাদেদকো, নিঙোন্না মপামদা হল্লকপসিবু করিদা নুঙঙাইগদৌরিবনো ? ইপুরোইবা লৈতবসু নত্ত, চাউথোক চাউনা লৈরি । ইয়ূম পানবসু কুইদ্রি. ঐখোয় ইমাগী মওং মতৌবু খনগদ্রা, ইমানা হায়ববু ইনগদ্রা, ইমুংসিগী চৎনরিবসিনা করি? অস, ঐ হায়ফম খঙদ্রেদা ।*(চঙখিবা ।)*

*( ফীজঙ)*

## ৯শুবা উৎপা

*(তোমথিনঙানবগী য়ুম। তোমথিনঙানবা থরায় য়াম্না নুংঙাইতবগী মওংনি ।)*

তোমথিন : ঐনা হৌজিক তৌদৌরিসিবু করি উপাই লৈ ? কদাইদগী পাইশিল্লকইনো খুরৌ লাংয়েৎনরিসিবু ? ঐগী ইচনসিনা নারকইসিনা ইমানা লৈখিদবগী লায়নাদো হঞ্জিল্লকইরা। *(শিলহৈবা থোরকই ময়াম্বগী মতৌ উবদুদা হংঙকই ।)*

শিলহৈবা : তাচৌ, কৈদৌরে ? ঐখোয় ইবেম্মবু ডোক্টরনা করি হায়রক্কে?

তোমথিন : শিলহৈবা ইবেম্মগী লায়নাসে লুদৌরিনে, হৌজিক হোরেলসিদি করিসু তৌদৌবদি লৈতে । হীদাক লাংথক্তি খরা চঙগদবা, পৈশা লৈরবদি হিংবা, পৈশা লৈত্রগদি ...

শিলহৈবা : তাচৌ, ঐখোয় অসুক য়াম্না লৈরিসিদি ইবেম্মগী করি ব্রাৎকনি হায়গে ? ইচনগী হীদাক্কীবু, ঐনা ঙম্মিবমখৈ শূ- নোমগনি ।

তোমথিন : ইবুংগী ইবেম্মা, ইচনগী করি লাইবক্কী নোংদমখোলনো? ইমা ফং ঙে, মপুংফানা কৌবা ফংঙক্রবা, ইপা ফংঙে মশক মশা খঙহৌবসু নৎত্রবা ! মবুং অনীগী মরক্ত, মনম্মা অনীগী মরক্তা মোমোন নোকচবদা ঙাইরিঙৈ... ।

।শিলহেবা : হে খোয়ূম, করি থৌশিলনো ? লায়রবগী লাই লৈতে, লায়রবগী মীচঙ লৈতে হায়বদো থোকহনবিগনু । ঐগী ইচন ইবেম্মগী থৱায় কনবিয়ু, মাদি য়াম্না পঙজবনি । মহাক্তি নুংঙাইবা হৈজদ্রিবনি। *(তাল্লক্তুদা মনম্মা চীংলেম্বীনা থৱায় নুংঙাইতনা মপুরোইবা অমদি মনাওনুপাগী মতৌদুদা চিংনদবদি ঙমদে, হংনিংবনদি খাংঙমদে)*

চীংলেম্বী : তোম্বা. অঙাং তাখিনি। মখোয় তাচৌ, অঙাং খঙহনখিরোইসি । ডোক্টরনবু করি হায়রক্কে ?

তোমথিন : হা! *(শ্বর শাংনা হোল্লগা )* ঐগী অপোকপী ইমাদ নারকখিবা, শিনি খঙনা- খঙনা শিনিংদবা, ৱাখলদি করিগুম্বা অমত্তা চোইখিদবা, মীওইবগীদমক্তদি খ্বাইদগী য়েক্লবা নোংম নোংমগী ঈ বংশিল্লকপা "ব্লদ কেন্সর"। *(চীংলেম্বী পাখৎপনা মশা পুম্বা থক থক নিক্লা শ্বর ফুইনা হোল্লগা)*

চীংলেম্বী : হা ! মদু ওইথোকপা য়ারোই, য়ারোই *(খংলাউ লাউরগা তুথরক্কে তৌবা)*

শিলহৈবনা : ইতৈমা ! *(হায়না কৌরগা মতৈমবু কোনবোই ঙাকপোই তৌবা, তোমথিনঙানবনসু চঙশিল্লক্তুনা চীংলেম্বীবু কৌরকপা)*

তোমথিন : চীংলেম্বী, চীংলেম্বী, কৈদৌরে ? নঙবু ভাব তারবরো ?

চীংলেম্বী : *(কপ্লগা)* মোই তাচৌ, ঐ ভাব তারে, ইবুংঙো শিলহৈবা, ইবেম্মগী থৱায় কনশিকো, ইবেম্মবু কনশিকো ।

শিলহৈবা : *(নুংঙাইতনা)* ইতৈমা *(কপ্লগা)* ঐখোয় ইবেম্মগী থৱায় কনগনি । ইতৈমা, নহাকনে করিমত্ত ৱাগনু ।

চীংলেম্বী : মোই তাচৌ, ইবেম্মগী থৱায় কনশি। হে খোয়ূম লাই, ঐগী ইচনগী থৱায় কনবিয়ুকো । ইচন্না নারিবা অনাবসে ঐঙোন্দা ওইনা নাহনবিরো। ইচন্দিনে নুংঙাই- য়াইফনা হীংহনবিরো, ঐ ওইনা নাহনবিরো, ঐ ওইনা নাহনবিরো *(পেন্না কপ্পা মতমদুদা, চেংলৈলৈমা মনুংদগী কৌরকপা )*

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ইনম্মা, কদাইদা লৈবগে ইনম্মা *(চীংলেম্বী কপ্পম্বদগী পাখৎনা)*

চীংলেম্বী : ইবেম্ম, ঐ সিদা লৈয়ে।

চেংলৈলৈমা : ঐ লাক্কে ।

চীংলেম্বী : ঙাইখোও ইবেম্ম, নহাক নথন্ত লাক্কনু, তুশিন্নি। ঐনা ওইনা লৌবা লাক্কে । *(চেনশিনখিবা)*

তোথিন : হিবুংঙো তোম্বা, ঐ ইচনগী মতৌ য়েংবা ঙম্মোই, ইচনগী মশক য়েংবা ঙম্লোইয়ে, ঐ চঙখ্রগে। *(মচন উদ্রিঙৈদা চঙখিগে তৌবদা, মচন্না থোরকপগা হেক থেংনৈ। থৈনরবসু কৌবা ঙমদনা তুমিন্না চঙখি। মচন্নুপীনা নুংঙাইতনা য়েংহৌই। )*

চেংলৈ লৈমা : ইনম্ম, ঐখোয় তাচৌ শাউবরো ? তুমিন্না চঙখ্রিবসে কৈদৌরে?

চীংলেম্বী : কৈশু তৌদেয়ে, ডোক্টরনা লাকউ হায়বনি, হিদাক অমা ইগদৌ ৱাৎলি হায়দনা । অদুগীদু লৌবা চৎলিবা ওইরিনি, ঈ টেষ্ট তৌবগী রিপোর্টতো অদুসু লৌবা চৎলি ওইরমগনি।

শিলহৈবা : ইবেম্মা, তাচৌদি ঐঙোন্দা হায়রম্বনি, দোক্টরগী মনাক্তা চৎলুগে হায়দনা । ইবেম্মা, নঙবু নশাদুবু করম হায়না তৌরে, খরা নুংঙাইরবরা? ডোক্টরদা চৎলবনিনা নুংঙাইরম্মনিদা । *(নোকফেৎ তৌরগা মচনবু লক্লরকই)*

চেংলৈলৈমা : তাতোন, ইনম্মা অতোনবীদি কদাইদা চৎখিগে? হৌগৎলকপদা লৈরমদে। ঐসু হকচাং খরা ফবা মাল্লি। নহান্দিনে কোক ঙাওবনা মীৎসে তন্দন পাইজাৎনি।

চীংলেম্বী : ইনাওদি, ইনে মশা ঙমদে হায়বরা কৈনো অদুগী চৎলুগে হায়দুনা চৎখিবনি, লাকঅনীদা ননম্মসু।

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ঐখোয় ইনম্ম অতোনবীসে, ইনম্মা নঙগা শাওনবরো? তাতোন ইনম্মনা ঐবু শাউবরা? ইনম্মননে ঐঙোন্দা ৱা ইঙাং ঙাংদেবা, মাবু হান্না শুম হায়না ৱা ইঙাং ঙাঙক্কবরা তাতোন ?

শিলহৈবা : ঙাঙবনে, ময়ূমদদি য়াম্না ফবনে, মীয়োক মীচানসু য়াম্না ফবনে। মানা হন্দক তৌরকইসে ঐসুনে ইবেম্মা, ইথন্ত ঙকইবনি। খঙদে, মখোয় ইমানা করি- করি হায়জল্লবরা?

চীংলেম্বী : তোম্বা, থীদহে, মসি অঙাংসিদি, ইমানবু করি হায়রমগদৌরিবনো, মচাদবু করিবু ইনশিল্লুনি হায়বগে? ইমাসু ফৈদা, খরা ঙাঙগল্লি হায়বগী ৱানি। ইবেম্মা, অদুম কুইরগা ফরক্কনিয়ে, অঙাং ওইরি তৌরিনিদা। *(তাল্লক্কুদা তেলহৈবনা, য়ু ঙাওরি ঙাওরি তৌরগা, হোরলিক্স নে, অচাপোৎনে, পোলিথিন অমদা পুরগা য়াম্না জ্ঞান তানা চঙলকই।)*

তেলহৈবা : ইবাইহন, ইচেহন, ইবাই, ইবেম্মা নাই হায়বদো ঐ পাউ তাই'বা, ঐখোয় ইচেনা তম্বদগী, অদুদা ঐসে ইচন নাবা য়াদে হায়দুননে, অচাপোৎ পুরগা লাকইবা। হোরলিক্স সে থকচিল্লু, গ্লুকোজসে থকচিল্লু, অচাপোৎসিসু চাশিল্লু অদুগনে নাবা ফরদৌবনি। কদায় ইবেম্মদি ইবেম্মা নঙ নাবা ফরোকো?

চীংলেম্বী : ইবুঙঙো, লাকও লাকও, সিদা থম্মু, ইপ্পাদি য়াম্না পুরকএদা, চাক চারগা হল্লো ।

শিলহৈবা : ইবুংঙো, লাকও লাকও, সিদা ফম্মু, ঐ ইমুংদা থবক অমত্ত তৌরুখিগে। *(চঙখিগে তৌবদা মচন্নুপীনা খাম্মী)*

চেংলৈলৈমা : তাতোন, তা তেলহৈবা লাকইসিদি ঙাইহাক্তংদি লৈমিন্নখিসি তা তেলহৈবা ঐ নাব ফরে । কদাই, তাদনা পুরকপা হোরলিক্স কা গ্লুকোজ কা সিদি ঐগী ওইরগে, অচাপোৎসিনা ময়াম চামিন্নরসি । *(অচাপোৎ য়েল্লি, তেলহৈবগী মপাদা*উম, তা তেলহৈবা, নহাক য়ুনম নম্মী। *(মনাতোন মেল্লী)*

তেলহৈবা : *(পাখৎনা)* হাই, ঐখোয় ইবাইনা চৈনিহে। খিত্তং থল্লকপনিদা, খজিক্তং ওইরিনি নঙনা নম্মিদো, নৎত্রনে? *(মাগী মতৌদুদা ময়ামদু ব্রা লাউনা নোকমিন্নৈ।)*

চেংলৈলৈমা : খিত্তং নম্মকইবা ঐসু, অদো য়ুনমদি অদুম ওইকো ।

চীংলেম্বী : ইবুংঙো তেলহৈবা, ইচে চা লোল্লুখিগে। নবাইগা নচনগনে নখোয় লৈমিন্নরম্মু । তোম্বা, ইবেম্মগী মনাক্তা লৈয়ুকো ।

শিলহৈবা : তেলহৈবা, ইমা ঙমদে হায়ববু করম হায়না তৌরগে ?

তেলহৈবা : ইচে, *(তেলহৈবা পাউখুম পীদে, ইকাইরপ খুম্মী।)* ইচে চা লোনবীরুনু, ঐনা য়োৎলক্লিসিগা চাগা অনীসে ফুগাইনদুনা অমদি শোক্লনি। মখোয় অনীগী র্জজ ওইরিবা ঐসে শোয়দনা শেথরনি । অদুদগীদি র্জজগসে পুমচাই, অদুনা ঐ চা থকপা য়াদে । ব্রান পোইন্ট এক সিঙ্গল ইংঙসু শারবা! মা মথন্তা অদুম শান্নজরসনু পূক্কুংদা, গোল্ডসু অদুম মথন্ত ফংজরসনু, র্জজ ঐনসু  পোইন্ট পংপীদা পীরগে। ইবাই শাউনুকো। ইচে নৌপ্পাবু ব্রারৌগনুকো, ইবেম্মকো । *(ময়াম পূন্নমক অমুক ব্রা লাউনা নোকমিন্নৈ ।)*

চেংলৈলেমা : তা তেলহৈবা, ইনম্মদো তাদহোইদা লৈহৌরিরো ? ঐখোয় ইনম্মদো কোক লাক্লগে হায়দে ।

চীংলেম্বী : ইনাওসু লাকচরনিদা, ইমানা ঙমদবদুদা তৌরি ওইরিনি।

শিলহৈবা : কৈদৌহৌরিগে মাবু হৌজিক ফাওবা, অঙাং নারি হায়বসে মাসু খঙলিবনি ।

তেলহৈবা : ইবাই, ইচেহল, ঐখোয় ইমা নাদে, ঐখোয় ইচে পাম্থোইনু য়াম্না ফবনে। ঐনা তশেংনা খঙই হায়রিসিনি। ঐখোয় ইমা য়াম্না ফত্তবীনি। ঙসাই, ঐনা খিত্তং তারকপবুনে, ইবাইনে ইচেনে ঐখোয় য়ূমদা থম্মনি হায়বনি । ইবাই নঙ লাকচনু, নিঙোল মব্রা তাজনি, হল্লকপীগী নুপা হায়নজনি, ঐদিনে য়ুথক খুদিংগী লাউদৌরবনি ।

শিলহৈবা : ঐ খঙঙবনে *(শাউনা ঙাঙলকই)* । মসি তৌরক্কদৌরে হায়বসে নহান্না খঙঙবনি। খঙনি মা ঙসিদি হল্লকখিসনু।

চীংলেম্বী : তোম্বা, শাউবা থুখ্রেদকো । কৈদৌবগীসু চত্তৌরিনো? হায়নরগা, লোল ফাওনরগা য়াবা ঙাক্তনি । চঙঙো নঙ ইমুংদা, চাক চাথোকমিন্নরসি তেলহৈবগা ঐখোয় পূন্না। ইবুংঙো, ঙসিদি চাক চামিন্নখ্রসিকো, চৎখ্রনু । চঙঙোনে নঙবু, নবাইগী মতুং ইল্লোদনা । ইচেসুনে ইবেম্মা ঐখোয় অনী চঙলক্লগে। *(চঙখ্রে)*

তেলহৈবা : ইবাই, ঐখোয় ইচেদো ফুধৌকো; ইবাই নঙ খঙদা তৌজনু, নুপীনা ঙম্বসে অধা মোরা হায়নবনি। নুংঙাইরেদা, ঙসিদি চাক চাথোক্লগা চৎখ্রগে, ঐখোয় য়ূমদা হন্দ্রসু য়ারে।

চীংলেম্বী : চঙঙো, চঙঙো *(ইনশিনখিবা)* । ইবেম্মা ঐখোয় অনীসু চঙলসিরা? চাক থোংববুদি লোইরম্মবনি । কাংঙৌ অমসু ঙৌবিগে, ঙারৌসু অমুক্তং য়াইথোক্লগা হাপ্পীনিংঙি । নুংশিদ্রা ইপ্পা তেলহৈবসে । মানা ঙাংববু খরা লৌ, খরা লৌদা হায়বদুনি । নঙনে নুংঙাইতবা অমত্তা খল্লনুকো।

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ঐখোয় তাতোনসে পুখ্রবদি করম হায়না তৌনি। মখোয় ইমাদো য়াম্না ঙম্বনি । কৈথেল ফম্বীনিননে মাইবা - মাইবীসু য়াম্না লোইনরমগনি । মাইবা- মাইবীনা ফাগ্রবদি করম হায়না তৌগনি, ঐদিনে ইনম্মা, পাখৎলেমি ।

চীংলেম্বী : অপঙবী, কৈদৌবগী পাখৎলিনো ? থম্মোয় শেংলবা মফমদা খোয়ূম লাই লৈরিসিদি। নঙবু হীদাক গুলিকাদো চারবরো? চারমখিরোই, কুইরে ঐগী ইনাক্ত লৈরিবসিসু, চারুরসি। মখোয়গী চাক ঈশিংদুসু হোৎনরুরশি, লাকও, চঙমিন্নরসি।

*(মচন্নুপী কোল্লগা চঙমিন্নখিবা । )*

*(ফীজঙ)*

# ১০শুবা উৎপা

*(তোলেননা ময়ুমদা নুংঙাইনা চন্দোল - চরা লংত্রিক লংনা থিল্লগা নাম শোল্লি ।)*

তোলেল : শ্রী হরি নাম শোঞ্জরগা তাইবঙ পানবগী কুম্মৈ য়াওজখিগে। ইবুংঙো-ইবেম্মা নহাক্কী কুম্মৈ ঙাক্তনিদো সংসারসিদা শান্নরিসে । *(ঈশৈ শকই)*

শোনশি শোনশি শ্রী গৌরাঙ্গগী নামসে

ইবুংঙোগী কৃপানি, ইবুংঙোগী কুম্মৈনি

ভক্ত-বৈষ্ণব পুম্না লানবিরিবনি

গৌরাঙ্গনা লেঙশিনবিরো সংকৃর্ত্তনগী ময়াইদা

অদ্বৈত্যগী পুংলোন্দা থেক্লা-নৌনা

জগোয় শারিয়ে

কৃষ্ণ কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ !

শ্রীরাধাগোবিন্দ, ইবুংঙো...

*(তাল্লক্কুন্দা, তোমথিনঙানবা য়াম্না নুংঙাইতনা চঙলকই)*

তোমথিন : মাম্মা, মাম্মা, তাবিরিব্রা মাম্মা?

তোলেন : ইবুংঙো কনা ... ওহ ! ইবুংঙো তোমথিন ? আ ...করি মতাংগী ওইরবনো ? আ ... করি কর্ম্ম লৈরে ? নঙগী মাম্মদি হন্দক্তিনে পোইনু থাগী লৌরোক থাদৌনা তৌরেনহে। বার্ত্তনসিনা মনম মনম...।

তোমথিনঙানবা: মাম্মা, ঐ... বার্ত্তনগী লাকপা নৎচদে। করিগুম্বা অমত্তং মাম্মদা হঙ্গৎচনিংদুনা তৌজবনি।

তোলেন : করিনোনে ইবুংঙোনা হঙ্গৎকে খল্লিদুবু ? ঐসে মীমাঙ হেক থোকইদকো, বার্ত্তন্দা ওইরবোই নীংবসিননে, শিনফমননে। অ... ইবুংঙোনা হায়নিংবদো হেক্তা হায়বিয়ু, নঙগী মাম্মদা চিংনগনু।

তোমথিন : মাম্মা ঐসে, তঙাইফদবা অমখক্তং লৈবদগী মাম্মদা ৱাফমসে হৌদোকচগে, লাকপনি। ঐবু অস ... মাম্মা ...।

*(মখা তাবা ঙমদরে।)*

তোলেন : মসিগী অঙাংসিদি করিগী চিংনরিবনোনে? লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরিববু, নশক- ইশক খঙনদবসু নত্তনা, কোক হায়যুদনা চিংনগনু, অৱাবা ওইরে কোক হায়য়ু, নুংঙাইবা ওইরে তম্মুদনা।

তোমথিনঙানবা: মাম্মা, ঐগী ইচন্নুপী অমখক্তং য়াওজবদো অরুবা অনাবা অমননে নারে। পৈশা লৈরগদি ইচনগী থৱায় কনবা ঙমগনি। পৈশা লৈতবা তারগনা ঐগী ইচনদো মবুং ঐনা অমুক হন্না উবা ঙল্লরোই *(কপ্লি- কপ্লি তৌরকপা)*

তোলেন : ইবুংঙো পৈশাদি কয়াম য়াম্বনো? লীশিং মঙা/তরাগী ৱারনহে? করিগী নচনবু শিগদৌরিবা ঐখোয় অসুক য়াম্না লৈরিববু ? চিংনগনু ইমাকসিদি।

তোমথিন : মাম্মা, লীশিং মঙা তরাগী ৱাদি নত্তে, ঐগী লৈরিবা ইংখোল অসি মাম্মদা লুপা লাক্ষ ২ খক্তংদা বন্ধপ থমজগে। করিগুম্বা হন্দোকপা ঙমদ্রেদনা মদুগী মতিক চাবা লৌবিয়ু। ঐগী ইচনগী থৱায়সে অমুক্তংদি কনবিয়ুনে মাম্মা।

তোলেন : অস! লুপা লাক্ষ ২ । য়ামদি য়ামখ্রেদকো ইবুংঙো, করিগী ইংখোল লৌরুগনি? ঐনা ঙম্মবদি পীথোকপা য়াবনিনহে। আহ... আহ... *(শ্বর শাংনা হোনবা)* অঙাংগী থৱায়সু কন্দবা য়াদেহে, খঙনা চান্নবদা হংগেকো। ৱারুনু ৱারুনু, অসিগুম্বা অৱাবা তারবদা তেংবাংনদ্রবদি শিবদা পুবা য়াব্রনহে?

তোমথিনঙানবা: মাম্মা, ঐ নুংঙাইজরে, ঐগী ইচনগী থব্রায় কল্লগনি, ঐগী ইচন হিংলগনি, মাম্মনা ঐগী ইচনবু কনবিরে, ঐগী ইচন হিংলগনি।

*(হরাউদুনা মখোঙ শোক্লা খুরুমগে হায়না চেনশিনবা, তোলেননা মখুৎনা খল্লগা)*

তোলেন : হাই- হাই করিগীদমক্তা মাম্মগী খোঙ শোক্কদৌরিবনো? ঐখোয়সিদি অশি মচা ঙাক্তনি। অব্রা অনাসিদবু তেংবাংনদবা য়াবরা? ঐগী একাউন্টতা লুপা লাক্ষ ১ লৈরমগনি, ইমান্নবদগী লাক্ষ ১ হংলগা লোইরেদনা। নচনগী সেবাদুম তৌরুচো, চৎলু- চৎলু ব্রারুনুকো।

তোমথিন : *(কপ্লগা)* মাম্মা, ঐবু মঙলা ? তাইবঙলা ? ঐ নুংঙাইবনা লোইরে। ঐগী মাঙদা লেপ্লিরিবা মাম্মা নহাকসে খোইয়ূম লাই ওইবনা থাদবিরকপনিকো। তোল্ল- তারবশিংগী চঙজফমদি হে খোইয়ূম নহাক্তনিকো। মাম্মা, ঐ অমুক য়ৌশিনজখ্রেগে য়ূমদা।

তোলেন : হাই- হাই, ইবুংঙো তোমথিন, য়াম্না ব্রাশিনগনুকো। ব্রাখলসে মী শোকপনি। চাদবনা হেন্না ফবনিকো। ইবুংঙোনা লাক্ত্রবসু মাম্মনা হেক্তা পুরগা লাকঅগেসে। রাধে রাধে শ্রীহরিগী কৃপা ঙাক্তনি। ইবুংঙোগী লীলাসে লোইনাইদেদকো হে ভগবান।

*(চঙখিবা)*

*(ফীজঙ)*

## ১১শুবা উৎপা

*(পান্থোইনু লোক্লাই- তিল্লাই কাঙদুনা মশা ঙমদবা মতমনি। ঙমদ্রসূ ঙমদনা ফিয়াম- অমা শূগদবগী কোল্লগা ঙাং-ঙাংদুনা থোরকই। ঙমদ্রসু- ঙমদনা ইশৌ লাংবদি লেপ্পে।)*

পান্থোইনু : মোই তাতোন, ঐ হকচাংসে য়াম্না ঙমদেদা। ইমাদো পাউ অমুক্তা হায়বীয়ুবা। ফিরোল ময়ামসিসুনে শূবিনবা কনামত্তা লৈজদে।

*(চীংলেম্বী তপ্না মনাওগী মতুং ইন্নরকই, ফিয়ামদো* উবদুদা *হায়রকই।)*

চীংলেম্বী : ইনাও, করিগীনো নশা ঙমদে হায়রগা ফি অসুক য়াম্না শূদৌরিসিবু? ঐনা শূদোক্লবসু য়াবসিদা, কদাই- কদাই ঐনা শুদোকপীগে?

পান্থোইনু : য়ানি শূবিদ্রবসু, ঐ অসুম শূজগে। ইচেগী থবক তৌগদবদু তৌজরুচো।

*(মচেনদি মনাওনা শাউরি হায়বা খঙদবনিনা মখা তারকই।)*

চীংলেম্বী : কদাইনোনে ইনাও, ঐ শূবিগেনে, পীরকউনে।

পান্থোইনু : *(পান্থোইনু ফ্রং শাউরকই)* মীনা পায়হন্নিংদে হায়রদি মীশিংসে মমায় য়াম্না কল্লি। ইচেদা নত্রো ? শূবিরনু ঐ শুজগে হায়রিসে।

চীংলেম্বী : (শ্বাই হেক লাউই) হৈমা! ইনাও, ঐবু ইনাওনা ব্রারৌরিবা! অদুম হায়না শাউরমগনি হায়বদি নচেম ঐদি খঙলুদ্রেদনা। ফরে- ফরে, ইনাওনা য়াদবা ওইরগদিনে, নচেম ঐ শূররোই।

পাম্ভোইনু : কুইরে, ইচেবু ঐনা ব্রারৌবা! ইচেসু করিগী খণ্ডলোই, খণ্ডনা খণ্ডনা খণ্ডশিন্নদ্রি ওইরিনি। ইচেননে ইমুংসিবু খাইবুং তাননবা শীনবিরিবা নৎত্রো? ইচে, ঐসে ইমুংসিগী মৌনি, ঐগীসু হক খরা থম্বিয়ু।

*( শিলহৈবা থোরকই)*

শিলহৈবা : ইতৈমা, ঐখোয় ইবেম্মদো ফরে হায়য়ে, অনাবদো করিসু তৌদ্রে। হাপ্তাসিমগী মনুংদা থোরক্কনি। ঈ ময়েং তাবদুসু ফগৎলে হায়রকই।

চীংলেম্বী : ফরেদা, ইবেম্মা নাবা ফরবদি, ইবুংঙো নুংঙাইরেহে নতৈমদি। নঙবু কনাদগী পাউ লৌরুবগেনে ?

পাম্ভোইনু : এ ! ঐখোয়না নাবদি হংবিপোৎনতে, হন্না য়েংবিপোৎনতে, মচন্নুপীগা মতৈমগনা হায়রবদি লোইরে। ঐসু ইচনগী মনম্মনি, ইপুরোইবনা পাউ পুবিরকপদা ঐঙোন্দসু খরা খঙহনবিবা ফৈ। মোই তাতোন্না ইমুংসিগী পাউ পুরকপদা ঐসে শুক্তা তাহন্নিংদ্রবরা?

শিলহৈবা : করিনো পাম্ভোইনু, নঙনা পাম্মিবসে করিনো? নঙনা পাম্মিবসে করিনো? নঙনা ঙসিফাওবদা ইবেম্মা নাবগী মরমসিদা করিবু হংঙগে? অদুবুনে ফরে, নঙনা ইচন্দো য়াম্না নুংশিবা তারগদি হৌজিক ইচনগী থোক্কক্লবগী পৈশা খরা দরকার তাই, অদু নঙনা পীরকউ।

চীংলেম্বী : তোম্বা, মরৈ তৌনগনু নখোয় অনী। কান্নদে, মরৈ য়েৎনরদিনে অশাউবা য়াওনরক্কনি। শাউনরগবু করি কান্নবা পুরক্কদৌরিবনো?

পাম্ভোইনু : লৈ, পীরোইয়েবা ঐদি, পুথোক্লোই হায়দুনা পুথোক্লিবনি। নচল ইবেম্মদুনবু নোংমতা ঐঙোন্দা কৌবিবরো? কৈনোমত্তুং তৌবগা- ইনম্মা, ইনম্মা য়ূমসিদা ঐনা হেক লাকপদগী মশীংবু থীবা য়াইনে মানা ঐঙোন্দা কৌবসে।

শিলহৈবা : করি? নঙনা কৌরক্তনবা শিনবা নৎত্রো? নঙনা মতম লৈবা খিবিক্তা ইতৈমগা ইচনগা অনীনা নুংশিনজবসু য়েংশিল্লি। মনাওনুপা ঐগা ইমাশকপী ইতৈমগা ৱারী অমত্তা শান্নবসু নঙনা পংশাউদা শাউনিংঙি। নঙগী নপূকচেলদো করি পূকচেলনো?

চীংলেম্বী : ইবুংঙো, নঙবু ভাব করিমত্তা তাদবরা? ইনাওসু খঙদদনা তৌবা ওইরিনি। নখোয় অনীসে মতম পূম্নমক্তা য়েৎনদুনত-খৎনদুনতা লৈ। নুপা-নুপী য়ূম পানমিন্নবা হায়বসিদি নুংশি চান্নবা লৈমিন্নগদবনি। খৎনবনবু করি কান্নগদৌরিবনো?

পাম্বোইনু : খৎননি, য়েৎননি, খৎনরিবসে ইচেনা থোকহল্লিবনি। ইচেদি পেল্লো। ইপু- ইনাই অনীনা পূকচেল তীন্নদ্রগা ইচেনা পেল্লিবা থম্মোয়দুবু ইচেবু করম্বা নুপীনো?

শিলহৈবা : করি হায়বা? নঙনা হৌজিক হায়বদো করি হায়বনো? ইতৈমনা করি শিল্লবগে হায়য়ু। ইতৈমনা করি তৌরে হায়য়ু।

পাম্বোইনু : হায়নি, হায়নি, ইচেনা শিনবা থৌশিলনা ঐগী ইপুরোইবা ফাজিনখ্রবা, ইচেগী খুদোম্বীদা উরু- উরু লৈরবা।

শিলহৈবা : করি হায়বা, করি হায়বা *(খুবাক্কা মমায়দা থাবা)* হায়য়ো অমুক হন্না নচিন্দো?

চীংলেম্বী : করিনো ইবুংঙো শিলহৈবা? করিনোনে ইবুংঙো নঙনা ইতৈমগী মাঙদা উহল্লিবসিবো? *(মখুৎ পায়দুনা চীংথোকপা)* করিনোনহে ইনাও নঙসু তোক-ওবা !

পাম্বোইনু : ফু, ফু-ও, হাৎলো ঐ শিরগদি নহাক নুংঙাইরগনিদনা। ফু-ও হাৎলো, ঐসুনে ইমুংসিদা লৈনিংদে। *( কপঙাং ঙাঙলগা চোংশিনবা, মতাংসিদা থরাকলৈ, মচানুপীদু কৌ কৌদুনা মনুংদা চঙলকই।)*

থরাকলৈ : ইবেম্মা, ইবেম্মা, নোয়বু কনা কনা লৈবগে?

চীংলেম্বী : *(তপ্না)* ইনাও, নঙসু হল্লো, ইবুংঙো নঙসু হল্লো ইমা লাকএ। ইমানা অরাক খূদিংগী নখোয় অনী খৎনদুনতা লৈরবদি ইমানা করি খন্দৌরিনো? নখোয় অনী খৎনরক্লনুকো। *(লাউনা খুস্মি)* ইমা, লৈয়ে- লৈয়ে, ঐখোয় লৈয়ে, লেংশিনবিরকউ।

থরাকলৈ : হা, ইবেম্মা পান্থোইনু, ইচাবু হকচাং ঙমদে হায়বদুবু কয়াম ঙমদবনোনে? য়ূমদদিনে নোংমফাওবা মকোক চিকখিদবা ইচানি। কৈদৌনরে, করিনো ফি-নুংগা ইচায়-চায়রিসিবু। নশা ঙমদে হায়রগা কৈদৌনরগে? তুমিন- তুমিন লৈরিসিনা করিগী ?

চীংলেম্বী : ইমা লেঙশিনবীরকউ, লেঙশিনবীরকউ সিদা। ইবুংঙো ইমা লাকইসে খুরুম্মু, ইনাও ঐ ইমাগী চা লোল্লুখিগেকো। ইমা ঐ চা লোল্লুখিগে। *(চঙখিবা)*

পান্থোইনু : ইমা ঐহাক হকচাং য়াম্না ঙমদে। ঐনে ফি শূগে তৌরমলিবা ঐগীনে কনাসু লৈতে য়ূমসিদা।

শিলহৈবা : ইমা লেঙশিনবীয়ু। ঐ ইবেম্মগী অনাবগী পাউ অমা লাক্কনি হায়বনি, চৎচরুখিগে। *(প্রপ প্রপ চৎখিবা)*

পান্থোইনু : হুম, উরেদনা ইমা, মতৈমনা হেক চঙখিবগা মাসু হেক্তো চৎখ্রিবসিনি।

থরাকলৈ : মসি থোরক্কনি হায়বসে নঙোন্দা হঞ্জিন- হঞ্জিন হায়দ্রা, হায়দ্রনহে? নঙনে ইমুংসিদনে য়ূম পানবা ঙম্মোই, কোক শাউজিন্নরগা লাকউ য়াদ্রনহে। ইয়ূমদুদা নথন্তনে নৌপ্পা অঙাওবদুগা ননিং তম্না লৈদৌরিসে। নুপা হায়বসিদি নুপী ঐখোয়গী খুদোম্বীদা থমগদবনিনে, নঙবু পঙগনুনে।

পম্বোইনু : তপ্পা, লোন্না ঙাংঙো ইমা, ইচেনা তাখিনিয়ে। ঐনে শোয়দনমক্কী লাকলগে। ঙাইখো ইমা, মাইবা তোম্বগী মহৈদো য়াম্না কল্লে হায়বনি। চৎতবীদা য়ূমসিদা লৈরগা ইপুরোইববু ফাজিনবা য়ারোইদরা?

থরাকলৈ : হী! মদুগী ওইরদি, ইচানবু পাম্মবা করিগী য়ারোইদৌরিনো, লৈবাক চাউইনা! থরাকলৈ ঐনবু খঙদবা করি লৈবগে? হন্দক লাক্কদৌরিবা থাংজ নুমিৎসে, নুমিদাংগী মতমদনে ইবুংঙোদো পুরগা লাকউ, ঐ হকচাং ঙমদে হায়দুনা। ঐখোয়দনে চাক চাখো। অদুগা মথংগী মাপননি পানবদনে অমুক্কা নুমিদাংদনে ঐ হকচাং ঙমদে হংঙুসি হায়দুননে পুরগা লাকউ, মদুদসু চাক চাখো। হে, হে থরাকলৈ ইগুণ খঙহনগে। মশোং কয়াম কুইনা কাংগে য়েংগেদো। *(চীংলেম্বী চা পুরগা থোরকই)*

চীংলেম্বী : ইমা, ইনাও, সে চা পুরকএ, ইমা সে চা থকপীয়ু, ইনাও সে চা সিদা লৈরে। ইমাগনে ইনাওগনে ৱারী শান্নবীয়ু ঐনে ইনাওগী ফিসে শূদোকপীরুখিগে।

থরাকলৈ : ইবেম্মা, ইবেম্মা মৌ অহল, ইচাদি মমা শাবী! ইচাগী ফিদো মমা ঐ লাকলবনিননে শূননবা য়ূমদা পুখ্রগে। ইচাননে অমগীসু অমগীসু পংৱাদা হেক ৱাবীরে। অদুগনে ইবেম্মা, ঐদিনে চাসে কয়া থক্লিংদে। ইচানা ৱাননবা পংলোন হেক লোল্লিবনিদো।

পাম্বোইনু : ইচে ইমানা শূরকঅসনু, ইচেগী থবক চিঞ্জবদুদা ৱানবনি। ঐখোয়গীদি থোইনা খনবীরুনু, ইচেগী হৈপা শিংবসিনা।

তরাকলৈ : ইবেম্মা, পাম্বোইনু নঙননে ইমুংসিদা লৈদৌরিবসে পংলায়-লায়না থোক্তেকো। হৈন-শিংনা চৎলুকো, নঙ ইমানা হায়বা কাউনু। ফিরোনশিংসে ঐ অঙাংনা শূহল্লগা থিলহল্লক্কেকো। মচেমহল ঐ অমুক চৎলগেকো। *(চৎখিবা)*

চীংলেম্বী : ইনাও ইমানা শূদ্রবসু ঐনা শূরগা য়াবসিবু ইমানা ব্রাননবনি।

পাম্ব্বোইনু : শূদ্রসু য়ানি। ব্রাগে ব্রাজসনু মচাগীদমক্তা মমানা ব্রাববু। *(ফং লাউনা চঙখিবা)*

চীংলেম্বী : ঐখোয়গী ইনাওসে ভাব শুক্তা তাদেদকো, কৈদৌঙৈকা ভাব তারক্কদবনো খঙদেদা। (*মাসু চঙখিবা*)

*(ফীজঙ)*

# ১২শুবা উৎপা

*( তোমথিনঙানবগী য়ূম)*

তোমথিনঙানবা : *(চঙলকপা)* আই, চীংলেম্বী, হাই ইবুংঙো তোম্বা, বেম্মা নহোইবু কনা-কনা লৈবগে? মৈ অমত্তা পুথোকরকউনহে।

চীংলেম্বী : হৈমা ! মোই তাচৌ, ইবেম্মা, ইবেম্মদি কদায়? কদায়দা লৈহৌরগেমি অঙাংদুবু?

তোমথিনঙানবা : মৈদুদা ওকখোনে, থম্মমবনিদনা ঐনা, ঐসু পু থাংবা ঙম্মক্ত্রবা।

চীংলেম্বী : *(কপ্লগা)* করিনো, করিবু পু-থাংবা ঙমদ্রিবনো? ইবেম্মা কদাইদা লৈহৌবগে? ইবেম্মগী মশক্তো উনিংবনা খাংঙমদ্রে, ইনম্মগী ইবেম্মা চেংলৈলৈমা।

তোমথিনঙানবা: হাই অপঙবী, কৈদৌবগী ইচন থম্মমদৌরিনোনেহে, কদাইনোনে মৈদুবু মুৎখিতারেনহে। মবুং অতোনবগা আদ পোৎ-চৈ হোনজিন্নবগী তৌহৌরিবনিনহে। নাদ্রবনিনে পুমফ-ফরবনিনে।

চীংলেম্বী : করি কান্নবা ফাগী তৌবিরিনো? মোই তাচৌসিমা মতাংসে খরা চারম্মোইয়ে। কদাইদনো লৈহৌরিদুবু, করি তৌবগী অঙাংদুদা পোৎ পুশিনহনদৌরিনো, ঐবু কোক কৌবিরকপা য়াদ্রো? ঐ অঙাংদো য়াম্না য়েংনিংঙেমি মোই তাচৌ।

তোমথিনঙানবা : নঙবু নহানমখৈ কদাইদগী চারিবা? ইমুংগী অন্না- নুংঙাইসু খরা তম্মোদনা, অঙাংদো শোয়দনা লাক্লদবনি। মশক্কা কয়াম ফজথোকই, য়েংউ। ঐখোয় ইবেম্মনা ফজবসিদি, ইচননে হায়দুনা তৌরিবরা খঙদ্রেদা চীংলেম্বী।

চীংলেম্বী : মনম্মনা ফজবনা ইচনসু ফজবনিদনা। মোই তাচৌ লৌরম্মদি কদাইদগী ফজগদগে? ঐবু য়াম্না য়েংনিংঙ্খ্রেদকো।
*(গাড়ী মখোল তাই)*

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ইনম্মা ঐ লাকএ।

শিলহৈবা : ইতৈমা, ঐখোয় ইবেম্মা লাকএ, পোৎ চৈ ময়ামসে ...।

তোমথিন : তোম্বা ইবেম্মগা নখোয়নি হোনজিল্লকউদনা ঙমদ্রবরো? ঐ লাকউরো নখোয় ইতৈমদি মপাম চৎখি।

চীংলেম্বী : করি কান্ন ঙাওশিন্নরিনো মোই তাচৌ? অঙাংদা শেরান-তুরান হেক হায়জিল্লদনা। ইবেম্মা ইনম্মা থোল্লকএ। তোম্বা নতৈমা লাকএহো লাকও- লাকও মৈসিসু ওকথোরকও। শুকসিসু কাম্থোরকও। অমুক হন্ননে ডাক্টর লায়েংশঙদুদা লাইয়েংখ্ররোই শুক্লনে শম্বল থিংব্রবনে, শুক্লা শূদৎখ্রবনে হায়রগনে কাম্থোরকও · কাম্থোরকও।
*(চেংলৈলৈমনা মৈদো ফন লাউনা কাম্থোল্লগা চোংশিন্দুনা মনম্মদা কোনশিনবা, মনম্মনসু চেজেৎ কোনশিনজবা। মনাওনুপাসু মৈ কাম্থোরকলগা ময়াম্বগা পোৎ-চৈ হোনজিনমিন্নবা।)*

চেংলৈলৈমা *(কপ্পা)* ইনম্মা ঐ ইনম্মবু য়াম্না নুংশিরকই, ঐদি অদুম কপ্পগা লৈ, ইনম্মা নঙদি কপ্পরা?

চীংলেম্বী ইনম্মগী ইবেম্মা, ঐসু তৌফম খঙদদনা ইচনগী শক্তমসে অদুম চিংশিন-চিংশিন্দুনা লৈরবনি। নুমিৎকসে অমতা উদে।

শিলহৈবা ইতৈমা ঐখোয়গী পাম্থোইনুদি কদাইদা চৎখি থোল্লক্তেনা।

চেংলৈলৈমা তাতোন ঐসু খল্লম্মীনে ইনম্মদো উদে হায়না, ইনম্মা ইনমতোন ...।

তোমথিন ইবেম্মা, ননমতোনগী শাল অমা লৈরকপদো পীননবা লৌথোরকউনে।

চেংলৈলৈমা : হোই, তাচৌ। *(হরাউনা শাল লৌথোক্লবা হোৎনরকই।)*

চীংলেম্বী : তোম্বা, ইনাওদিনে ইমা নাই লাক্তবা য়াদে হায়দুনা কুইদ্রিয়ে, চৎখিবা, লম্বীদবু থৈনরমগনি।

শিলহৈবা : *(শাউনা)* মখোয়গী মমাসে নাখ্রেদা, ঙাইহাক লৈর নাই, হেক তৌর নাই। মখোঞ্জেলদি শুক্লা নাদেনে, ব্রজগী খোঙ্থাং হেক মাল্লদনা। ফৈ, ঙসিদি লাকখিসনু, মানে মপামদা কুমলায়না নাবী মমাদুগী সেবা তৌরসনু। লাকখিসনু মখোঙদো থুদেক্কে, খঙনি। ইতৈমদি নোংমতা মপাম চৎকে হায়দে, মাদি ...।

চেংলৈলৈমা : হৈমা, তাতোন, নঙবু ইনমতোন্দগা ফুরবরো? অঙকপনি তাতোন, ঐনা ঙসি তারিবা ৱাহৈসে । অসুক কুইবসে তাতোন্দগী অদুগুম্বা ৱাহৈদো থোক্লক্কনি হায়বা থাজরুদে, তাচৌদগীসু অমুক্ত তাখিদ্রি ।

তোমথিনঙাবা : হোইনে তোম্বা, নঙগী ৱাহৈসিবু কৈনোনহে,নচন্না হায়সু হায়বনি, ঐসু অমুক্ত তাখিদ্রিনহে। নখোয়না যূম- কৈ পাল্লক্লবা মতুংদা তারিবসিনি নখোয়গীসিদি মনুংদা ৱা অমা লৈরমদৌবা মাল্লেবু।

চীংলেম্বী : করিসু লৈরোইদা মোই তাচৌ, ইনাওননে অঙাংগা ওইবনে লাকপগা নৌবনে মপূক্লিং হেক ফাবা ঙমদবনি। ঐগী ইনাওনুপাসিনগা মরোল অমা ফিংগৎখিবসিনা।

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ঐখোয়গী ইনমতোনসি ... হুম ঐ য়াম্না চিংনরকএ মানা ঐঙোন্দা শাউবরো, ঐনদি ইনম্মদং হান্না কৌইদো। তাতোন ইনমতোন্না ঐবু শাউবরো?

শিলহৈবা : তাচৌ, অ ... করম হায়না তৌরকইনো ঐসু খঙদ্রেদা। পান্থোইনুসি লৈশারিঙৈদদি য়াম্না ফবনি। ইবেম্মা, মানা শাউদবা মীসিদি লৈত্রেদা। নোংমতা নুংঙাইবা মশক উদবনি। 'নারে হায়বসিগা, ঐগী ইমুংসিদা ঐগী হক করিমত্তা থম্বীদে' হায়বসিগা মসিনা ইবানিগী য়ুম্বাল ৱারী ওইরবনি।

চীংলেম্বী : তোম্বা নঙসু ভাব তাদবা হায়বদুনি। ইনাওনুপীদং অরানবা তাহনবিগনু। মপূক্লিংগী ৱারীদো ঐখোয়না লৌরুবা য়াপোত্তে, নখোয়নিগী ৱারী ওইগদৌবনি। শাউবা হায়না শাউরিবসে পেন্দবা অমা য়াওবদগী শাউরিবনি। নহাকসু খরা মহংবিবা য়াদ্রো।

তোমথিন : য়েংঙোই, অঙাংশা, মীগী মমাঙদনে খৎন-চৈনবা য়াবা নত্তেকো। ৱাগী ৱা ঙাঙনরগনে লোয়না ফাওনবা য়াবা ঙাক্তনি। অঙাং-নুপী মপাল শাহনবা য়াবপোৎ নত্তেকো। মানা পান্থ অমদি লৈরমগনি মদুদি ঐখোয়না খঙলরোই, নহাক্ন খঙগদবনি। মীগী মমাঙদা অহল লমন পান্দবা তাগনিকো।

শিলহৈবা : তাচৌ, মাগী পূক্লিংগী ৱা হায়বসি করিনা পেন্দৌরিবনো ঐসু খঙদ্রে। তোঙান্না চানিংবা অমা, ঐসি মখোয়গী য়ুমদা লৈসি হায়বসিমা। ঐখোয়গী ইতৈমবুদি মানা পংশাউদ শাউরে।

চেংলৈলৈমা : তাতোন ইনমতোন্না করিগী ইনম্মদা শাওদৌরিবনো? ইনম্মা শোকপা য়ারোই, ইনম্মগী করি মরাল লৈদনা?

চীংলেম্বী : ইবেম্মা, ইনাওনা পঙদনা তৌরিনি, ঐখোয় ইনাওসিনা পঙবসিনা, ইবুংঙো নঙসু ইনাওনা হায়বদো খরা তান্নবিয়ু য়াদ্রা, ঐঙোন্দা শাউবদি শাউজসনু। মথক থোংবদা মখা থাবনা শাউবদি পেন্দবা নিংঙাইগী মশক ওইবনিনে।

তোমথিন : তোম্বা, ইনেদুবু মথন্ত ওইবদুগা, ইশেন্নুপাদুনা মথন্ত ঙাইবদুগা ইনাওবু আ...দা লৈরুগে হায়বরো? মীগী মমাঙদা খৎন-চৈন থোকপদি নয়াম্বদি পামদেহে।

শিলহৈবা : অস !... তাচৌ ঐ হৈনদেদা নুপী মপামদা লৈবকাসে। হুং! নুপীকা দরকার ওইদেদা, মা চৎকে হায়রসু চৎচখিসনু।

চীংলেম্বী : তোম্বা, ইনাওগী মপূকসে মতম খরদং ফাননবা নখোয় পূন্না চাক চামিন্নরগেরা?

চেংলৈলৈমা : *(ফিংনা)* অদুগা ইনম্মনা কদাইদা চাগদৌরিবা? ইনম্মা, ঐখোয়গী ইমুংসিবু য়াম্না ইংঙমদাইনে, ঙসি ইমুংসিদা থোক্লক্লিবা থৌদোকশিংসিবু মঙলো-তাইবঙলো? তাতোন ঐগী নুংঙাইজবদি ইবুং অনীগী মরক্তা ইনম্মা অনীগী মরক্তা হরাউনা লৈজরগা ইমা লৈত্রবসু ইপা লৈত্রবসু অৱাৎপা লৈত্রবা ঐগী পুন্সিনি খঞ্জরুবসিনি। মসিসু শুকফং ফংলরোইদ্রা তাতোন?

শিলহৈবা : ইবুংগী ইবেম্মা, নবুং লৈরিবসিদি, ইচন্না পাম্বদো করিগী ফংলোইদৌরিবনো? ঐ তোঙান্না চারোইদা, অস হৈনদেদা।

চীংলেম্বী : ইবেম্মা, ইচন্না করিগী নুংঙাইতনেগে? ননমতোনসু নোংমা শোয়দনা ফরকখিনিদা।

তোমথিন : খঙদ্রেহে তোম্বা, নয়াম্বনা করি হায়দৌরিবনো? ঐ ভাব তাদ্রেহে। ইমুংসিদি মহি লাংহনবা য়াবা নত্তেকো, ঐ চঙঙগেকো।

*(তপ্না, তৌফম খঙদনা চঙখিবা)*

চেংলৈলৈমা : তাতোন, ইনম্মা, ঐখোয় তাচৌসে ৱানকা হল্লকপনে মাথা শারম্মনি, ঐখোয়সু চঙলসি।

শিলহৈবা : হোই চঙলসি ইবেম্মা, পোৎচৈশিংসে অঙম্বা পায়শিল্লকউ।

চীংলেম্বী : তোম্বা, পোৎতো নতৈমসু পুশিল্লক্লগে, লাকও- লাকও, চঙলসি। *(চঙমিন্নখিবা)*

*(ফীজঙ)*

## ১৩শুবা উৎপা

*(তোথিনঙানবগী য়ূম। পান্থোইনু শাউনা শাউনা ঙাঙ- ঙাঙদুনা থোক্লকই।)*

পান্থোইনু : হো, ঐগী কনামত্তা লৈতিয়ে ইমুংসিদা, খোঙথাং খূদিংগী য়েংশিনবিদুনা লৈরবনে। ঙসিদিনে ঐ চৎকনি, ঐনে য়ূমসিদা লৈবা শুকঙম ঙম্লরোই।

*(শিলহৈবসু চৈ -চৈদুনা থোরকই।)*

শিলহৈবা : নঙনা খিত্তং তৌবগা নপাম চৎকে, নপাম চৎকে, নঙনা চৎকে হায়রগা হেক্তা চৎহনগদ্রা? নঙনা ঐবু লৌব্রা, ঐনা নঙবু লৌব্রা? পংহেন হেনগৎলক্কনুকো পান্থোইনু।

পান্থোইনু : নুপা- নুপী য়ূম পানমিন্নবা হায়বসিদা নুপী ওইবী ঐনা ৱাহৈ অমা হায়জবদা ইপুরোইবনা তাবিদ্রবসিদা ঐনা করিদা নুংঙাইগদৌরিবনো?

শিলহৈবা : নত্তে, করিনো নঙনা হায়রিবসিবু? নঙনা পাম্মিবসে করিনো হায়য়ু। নঙনা নপামদা  চৎলুবা হেক হল্লকপগা ইমুংসিদা শুরু- শুরু নৈবসিদা নঙনা লৈবা মফমদা ঐসে চঙনিংদ্রেনেহে। ফরে- ফরে নঙগী অপাম্বদো হায়য়ু তারগে।

পান্থোইনু : ঙসি ফাওবগী মনুংসিদা ঐনা য়ূম হেক পাল্লকপদগী ঐগী নুংঙাইবসিবু করিনো? ঐনা ৱাহৈ অমত্তং  হায়বদা মোই তাতোন্না তাবিব্রো? ইমা নারে হায়বদসু চৎমন্নিরুসি হায়বদা য়াবিব্রো? নোংমত ইমানা চাক চরা অমা চামিন্নসি হায়বসু য়াবিবা কৌবা লৈতে, ঐগী কনা অমত্তা লৈজদবা মীদৌনা ইথন্তা...।

শিলহৈবা : এ:এ: নঙ অদুখক্তুংগীরো? নোই ইমাগী ৱাহৈদো ঐনা শুক্নাউ কাউদ্রিনে, পীতৎ পাতৎপা, পু- পাং শুদ্রবা তুমিং খুদাং মচা হায়বদো। মদুনা মরম ওইদুনা নখোয়গী নয়ূমদা ঐগী খোঙ্গুল শুকতা তাহল্লোই। ঐনা মতিক চারগা চৎকনি নত্রবদি চৎখিরোই। অদুগা মসিমসু খঙজৌ নুপী মপামদা চাক চাবা হায়বদুদি শুকওই ওইথোক্লরোই, শুকখন খল্লুরনু।

পাম্বোইনু : *(কপ্লি কপ্লি তৌরগা)* ইমানা হায়ববু মীতোপ্তা হায়বরো? পংঙাঙ- ঙাঙনবা, পংশক- শক্লবগী ৱানি। ইমানা মথন্তনে ইপ্পা ঙাওশিন্নবদো লাক্লরিবসে, মোই তাতোনসু নোংম ফাদোক চৎপীদুনা নশেননুপাদো ৱারকপীরুরদি ইমানা কয়াদা হরাউনি।

শিলহৈবা : তানিংদে তানিংদে। নোই নুপীগী কপশিন্নবা লাউশিন্নবদো ঐ তানিংদে, তেথশিন্নরগনে ঐনা য়াদৌ নৎতে। কপনিংঙবসু অদুম কপ্লু ঐনা থেমদৌ লৈতে। নঙনা চৎনিংবা অদুম চৎলিবা, ইমুংসিদা তৌনিংবতা তৌরিসিদি। নঙনা ইমুংসিদা নঙগী হক লৈতেক হায়রিদো, হক লৈত্রিবসিদি ঐনিনে। নুপা অমা ওইনা ঐবু ঐগী নুপীদা করি হক থল্লিবগে?

পাম্বোইনু : ফরে, অদু ওইরবদি ঐ চৎপা তারেদনা অদুবু ইথন্তদি চৎলোই। নঙনা ঐবু লৌবিরবনি, ঐবু থিনগদবনি। থিন্দবা শুকয়া য়ারোই, শুকয়া য়ারোই।

*(মখোঙ থিন্দুনা কপ্পা লাউবা তৌরকপা, শিলহৈবসু শাউনা মখা তাই)*

শিলহৈবা : ফরে, নঙনা থিল্লু হায়রবদি থিনগে লাও *(মখূৎতো তাপ লাউনা পায়রগা শোরো শোরো চিংবা হৌই, পাম্বোইনুসু লেপ্তে মচিন্দো খুম্মী)*

পাম্হোইনু : চৎকনি, চৎকনি ইমুংসিদা লৈরগা করি কান্ননি? ইয়ূমদা নুংঙাইনা লৈজরুগে।

*(মাগী মচিন খুকন্দুগা, মতৌদুগা শাউরগা শিলহৈবা চুম্না খূৎ চিংবা নত্তনা মখূৎ লামদুনা ফুবা হৌরকই। মবানী খৎনবগী খোঞ্জেলদুদা চেংলৈলৈমা চেম্হোরকই, পাখৎনা)*

চেংলৈলৈমা : হৈমা, ইনমতোন, তাতোন *(মবুংগা মনম্মগগী মরক্তা থৎলি। অনীদুনা তোক্লদনা লাম লামদুনা ফুনবদুদা মনমহনগা তাচৌগা কৌই।)*

হো ইনম্মা, তাচৌ, ইনমতোনগা তাতোনগা খৎনরে। তাতোন ইনমতোন্দা ফুবিগনুবা, ইনমতোন নঙসু তাতোন্দা নচিন খুমগনোম্মি।

*(চীংলেম্বী প্রপ- প্রপ চেম্হোরকই।)*

চীংলেম্বী : ইবুংঙো, তোম্বা নঙবু তোকও, তোকওম্মি।

*( য়ারক্তবদুদা মনাওনুপাদা খূৎপাক্লা শেৎ থাই, মনাওনুপীদা অমুক ওনশিল্লগা)*

ইনাও নঙসু হেনমনখ্রে, তোকও হায়রদি তোকওদনা।

পাম্হোইনু : ইচেগী নথৌ করি লৈবগে? হাৎনরসু হাৎননি, শিনরসু শিননি, খৎনরসু খৎননি। ইতৈ- ইনাও খৎনবনি। ইচেনা মতম খূদিংমক্তা য়েংশিন্দুনা লৈরিবসিবু মসিতা থোক্লবা নত্রো?

শিলহৈবা : য়েংঙুনহে মচিনসি, মসি- মসি *(হায়রগা অমুকসু ফুগে তৌবদা মচননুপীনা খাম্মী।)*

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ইনমতোনসু ব্রেক খরা ফাবিবা ফৈ। ইনমতোন্না মতম পূম্নমক্তা ইনমহনবু ক্রক- ক্রক য়েংশিন্দুনা লৈরিবসিবু করিগীনো ? ইনমহনসে ঐখোয়গীদি ইমানি ইমা!

পাম্বোইনু : হে অঙাং, নঙসুনিনে ইমুংসি থুগায়বা য়াওরিসে। কুম লায়না পুবী নঙনা, ননম্মনে খনবিব্রো ঐবু?

চীংলেম্বী : ইনাও, অঙাংগা চপ মান্নেদকো। ইবেম্মা নঙসু ননম্মদা খুম্বা হৌনব্রনহে।

চেংলৈলৈমা : ইনম্মা, ঐনা কুম লায়না পুরবসু ইনমতোন্দগী শিকি অমা পুদেদনা। ইনম্মগী নয়ূমদা থোইচৎ ৱাংচৎনরবসু মফমসিদদিনে চন্নরোই। ইনমতোন লাকপদগী তাতোনসে মৈথক্তা নেৎলবনি, মৈরি থোক্তনা মৈচাক্লরবনি ইবুংসে।

*(তাল্লক্তুদা থরাকলৈ প্রপ- প্রপ লাক্লগা হেক তাবগা)*

থরাকলৈ : হী: নঙগুম্বনসু ইচাদকা অদুম্না ঙাঙজ শারিয়ে, লৈহল্লোই, লৈহল্লোইয়ে মফমসিদা। ইচাসে ইমুংসিদনে হাত্তোকপীদনা শিবা তারেনে, ইচাগী মীচং কনামত্ত লৈতে। হে, গধা! নঙনা ইচাবু লৌবিরিবসিবু ইচাসিবু ইমুংসিদা কাংদ্রুম ওন্ননবা লৌবিরিবরনে? মসি থোক্কনি হায়দুনা ঐনা নহান্না হায়দ্রনহে?

*(ময়ানুপা শিলহৈবদা কোকশিনা হৎপা)*

চীংলেম্বী : ইতৈমগী ইবুংঙো শিলহৈবা, ইমাদা খুমগনুকো নঙ চঙঙো, অমনা হনবা হৌনৈ। ইমা, অমুক্তা তপথবিখো। ইমানা ফিংগৎপীরবদি অঙাংশিংসে য়াররোই, অখাম্বা অমদি য়াওশি, কায়নবসু য়াররোই।

শিলহৈবা : ফরে, ইমানা হৌজ থেংখাং কয়ারক শুরে? ইমানা মাবু লৌবা লাকপীরিবসে, ঙসিদিনে পুরগা চৎপীখ্রো। হে নঙনে ইমুংসিদা লৈবা য়ারোইকো। নঙ চৎলো হায়রিসিনি, চৎখ্রো, *(শাউনা চঙখিবা)*

থরাকলৈ : করি, লৈবা য়ারোই চৎখ্রো কায়না! ইচাবু হূই হৌদোংদৌনা তানবা, নঙগুম্বনা ইচাদা তানগদবা নত্তেনহে, থরাকলৈ ঐগী ইচা পান্থোইনুসে সনানিনহে সনা! ঙসিমক পুখিগে ইচাসে(*ফোন তৌবা*) হল্লো ইবুংঙো, নঙ হৌজিকমক লাও, নচেসে হাত্তোক-পীরমদৌরেনহে। ঐনা ঙসাই হায়রম্বা গাড়ীশিংদো লোইনা পুরগা লাকউ।

চেংলৈলৈমা : ইনে, ইনেনা অহলনি, ঐখোয় ইনম্মা পান্থোইনুসে ইনেনা পুমঙাও ঙাওহল্লে। ইনেসু নুপীনি, নুপীগী গুণ খরদি চেনবিবা ফৈ।

পান্থোইনু : হে অঙাং, নঙনা ইমাদা ঙাঙবা য়াবগী করি হক লৈ? মচা ঐ লৈরিঙৈসিদা, ইমা শোকপা য়ারোই । ইমা, কুইরবনে, মখোয়না ঐবু ওৎপদা ইমুংসিদা লৈফম খঙদবা !

চীংলেম্বী : ইনাও, ইমাগী অশাউবসিদা নঙনা অমুক মৈ পীশিল্লিদকো। খরা তপথৌবা ইনাওসিদি, নুপানি ঙাইহাকসু খৎননি, ঙাইহাকসু চৈননি, কায়নবা য়াবসু নত্তে, ইমুং- মনুংনি।

থরাকলৈ : ইমাগী ইবেম্মা পান্থোইনু, ইচাগী নশকসে ফজবনিদকো অদুবুনে নয়াংসে খ্রক- খ্রক কংঙগা খাংঙবোইদকো ইচাদি! মচেম শাবী, হিংচাবী, কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা পাণ্ডবকা কৌরবকা খৎনরকপদদি কৃষ্ণনা শান্নরকপা লীলানিদো। হো ইবেম্মা, ইমুংসিদদি কৃষ্ণগী শায়োল নত্তনা ইবেম্মনা হেক থুগায়বা ঙম্বসিদি ঙম্মীদকো। ইবেম্মগী মীশুম- লাইরবা কনখ্রেদকো, লৈখ্রবোইদকো লাইরবা- তীনরবাসে।

*(তাল্লক্তুদা তেলহৈবা প্রপ প্রপ চঙলকই, মমানা ঙাঙবদো তাই।)*

তেলহৈবা : ইমা, ইমানা ঙসি ইবাইহনগা, ইচেহনগদা নখৌ পোংনা ঙাংলিবদো,ঐখোয় ইচে লৈবদগী নত্রো? ইমানা লেপ্পীরিবা খোঙফমদুসু ইচে লৈবদগীনি ঐনা ঙসি লাক্লিবসিসু ইচেগী মরীদগীনি অদুগা ইমানা মীগী ইমুংসিবু থুগায়নবা শিল্লিবসে, করিগীনো ইমা।

চীংলেম্বী : ইবুংঙো, ইমাদবু হায়হৈদেনহে।

পাম্বোইনু : হে, অঙাং নঙনা করি খঙঙি? হেক লাকপগা ইমাদা ঙাঙঙিবসে করিগীনো?

থরাকলৈ : বিষ্ণু, বিষ্ণু ঙমখ্রেদকো। ইমুংসিদা হেক চঙলকপা মীশিংসে পুমতে হেক্তা তেবজাৎনি। ইমাগী ইবুংঙো, নঙ ভাব তাওকো। নচেসে ফুরং- কাংকোক শারম্লবনিনহে, ইমা ইচাননে নচেগী থব্বায় কনশিনহে, ইবুংঙো।

চেংলৈলৈমা : তা তেলহৈবা, ঐখোয় ইনমতোনসে অমুক্তং খাম্বীয়ু। ইনেনসু পুনি হায়রে।

তেলহৈবা : ইবেম্ম, ইচনসিদি ব্বারুনু, ঐখোয় ইবাই লৈবরা ? অমুক্তা কৌরুচো, ইবাই য়াওরগা খঙগদবনি।

চীংলেম্বী : ইবেম্মা, তপ্পা হায়য়ুকো, কৈসু তৌদে, ইবুংঙো তেলহৈবা লাকইদং হায়য়ু।

থরাকলৈ : নুংঙাইরে, নুংঙাইরে, ব্বাথোক- লানথোক মপূং ফাহল্লগেদো ঙসিদি। ইবেম্ম মচেম ওইবী, মমা শাবীসু নুংঙাইরনি। ইমাগী ইবেম্মা পাম্বোইনু চৎলুনহে, নপোৎ নচৈ লোইশিল্লুচোনে।

পাম্বোইনু : ইমা, ঐ লোইশিল্লুরগে, ঐনে ইমুংসিদা লৈহৌবা শুকঙম ঙম্মোইকো। ঐনে মখোয়গী মখোঞ্জেলসে শুকতা তানিংদে।

তেলহৈবা : ফৈ-ফৈ, ইচে নঙসু ভাব তাবা ফৈকো। ঐখোয় ইমাসুনে নুংঙাইনি, নখোয়নিনা মীগী ইমুং থুগায়বা, ঐনা অমুক য়ু থকচিল্লগা ইমাগা ইচেগবু ওৎপা।

চীংলেম্বী : ইনাও, ইবেম্মা নঙবু খজিক্তং ফাথৌ কৈদৌগে।

থরাকলৈ : নঙবু চৎলোনহে, মতমসে থেংখিনিনে *(কিন্না শুবোই- ইনবোই তৌরগা চঙহনখিবা, তোমখিনঙানবা মতাংদুদা চঙলকই, ময়ামগী মতৌদুদা ইঙক ঙকই।)*

তোমখিন : ইনে, করি করি তৌনরে? হাই নোইবু ইনে লাকপগী চাগা লোল্লবরো? এ: ইশেনসু য়াওরিদনা, ময়ামসিবু করিগী ফম্নদ্রিবনো?

থরাকলৈ : হো ইবুংঙো, ইবুংঙো লাকপসু মফরেদা। ঐগী ইচা পাম্বোইনুসে ইমুংসিদা লৈবদা মতিক চাররোই হায়দুনা মতম খরা ৱারক- ৱাতেম্মুগে হায়না লৌবা লাকচরিবনিদো।

তোমখিন : ই: করিনোনে তাকপীরিবসিবু ইনে।

তেলহৈবা : ইবাইহন, ঐখোই ইমাগী লীলাসে শুম য়েংবিয়ু। ইমা, মীগী ইমুং থুগায়বা শোয়দনা পাপ পুগনি। ঐখোয় ইচেসু ঐনা য়ূমদা শুকলৈ লৈহল্লোই হায়রিসিনি।

*(পাম্বোইনু থোরক্লগা মমাগী মনাক্তা চঙশিন্দনা ঙাঙনরিবশিংদু তাদুনা লৈ। তেলহৈবনা মচেদা য়েংদুনা মখা তাই)*

ইচে নীংশিংবিয়ু, ককাগী লুহোংবা নুমিৎতা ইমানা লুহোংবগী ফিরুক পুগে তৌরুবদা, ইমা লুপ্রাবীনি, লাই তীনগী পোৎ পায়হনগনু হায়রকপদা ঐখোয় ইমানা য়ূমদা হল্লক্লগা কপখিবদো, ইচে নঙ ভাব তাব্রা? অদুগা য়েংঙু ইচেমহনসে, নুংঙাই য়াইফকোনগী অৱাবা মশক খঙদনা হৌরকপী নিঙোলনি। অদুবু পু-পাং শুদ্রবা ইমুংসিদা ঐখোয় ইবাইগা ইবেম্মা চেংলৈ লৈমগবু মচা শক্লা য়োক্লিবনি হায়বসে কাউথোক্কনু।

থরাকলৈ : করিনোনহে ইবুংঙো, মফমসে মীগী ময়ূমনিনহে, নঙবু ঐনা চাউননবা য়োক্ল কপসিবু মীগী ব্রা ঙাঙননবরনহে? কান্নরোই- কান্নরোই, ইমুংসিদনে শম্মা মফৈ অমত্তা থম্মমগদবা নত্তে। লোইনা ফক্কুনা পুগদবনি। পুংলোলগী মতুংইন্না জগোই শাবা হৈতবী নচেসিদিনে ইমুংসিদা চন্নরোই খঙঙব্রা?

চীংলেম্বী : *(পাখৎনা)* ইমা, ইনাওবু পুবিখিগনুকো, ইচিন- ইনাওনা ঙম্নবা য়ূম অসে পানমিন্নজগে, ইনাওবু থম্বীরম্মুগবা।

থরাকলৈ : হা ইবেম্মা, ইবেম্মা ঐনা কিবসে নঙনা মহেল্লেনহে, ঐদিনে নঙগী ননাক্তা ইচা থনম্বদি ঙম্লরোইয়ে। ইচা অসে মফি খুদাংদা য়ালহল্লগা চৎহনগে খনবিরিবরো?

তেলহৈবা : ইমা, ভাব য়াম্না তাবিদেদকো, ইমাবু মীরক্তসু মতিল্লি। মীতিং মফম কয়াদসু ইমানা নুপীগী হক কনগদবনি, ইমুং অমা ইংলগা সমাজসি ঈংগদবনি হায়দুনা পাউজেল কয়া পীবিরিবা নত্রা? অদুগা ইমানা ঙসি পাঙথোক্লিবা থৌওংশিং অসিদি লৈপাক শেম্বা নত্তে লৈপাক থুগায়বনি, ইমাননে ইচেবু কনবা নত্তে । ইচেবু মাঙননবা শিনবনে, হাত্তোকপীবনা হেন্না ফৎত্রা?

*(মতাংসিদা পাম্বোইনু খাংবা ঙক্লক্তবদগী মনাকোং মেনশিন্দুনা 'ইমা' হায়না কৌরগা মমাগী মনাক্তা চেনশিল্লি, থরাকলৈমা হরাউনা নোকফেৎ তৌনা মখূৎ অনী তিংখোক্লুনা মচা ওক্লদবগী ঙাইরি। অদুবু পাম্বোইনুদি মমাগী মনাক্তা চেনশিনবগী মহুৎতা মচেগী মনাক্তা 'ইচে' হায়না কৌরগা খুরুম্মী। তাল্লকসিদা চৈংলৈলৈমগা শিলহৈবগা চঙলকই, মতৌদুদা ইঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ, ব্রাদি ঙাঙদে।)*

পাম্ভোইনু : *(নীংঙমদনা কপ্লগা)* ইচে, ঐগী ইরাল ঙাকপীয়ু, ঐননে ইচেদা খলহৈদবা কয়া খনখ্রে। ইমুংসিবু কায়ননবা শিনবদি অতৈনা নত্তেয়ে, ঐননে ঐনা। *(পেন্দনা কপচৈ।)*

*(চীংলেম্বীনা মনাওবু নুংশিনা কোনখৎপী)*

চীংলেম্বী : ইনাও, ইনাওনা করিগী লাল্লুগনি? লোল ফাওনদবদগী পূম্মক থোক্লিবনি। লাও, ইচেনা কোনগে লাও। নুংঙাইরেদকো ইনাও, ঙসিদি ওম্ভোক্লা নুংঙাইখ্রেদকো।

*(মনাওনুপীবু নুংশিনা কোনশিনবিরি, পাম্ভোইনুদি হীক- হীক চিংনা কপচরি। থরাকলৈমদি হৱাউনা নোকফেৎ তৌরম্বদগী শাউজিন্ননা হায়রকই)*

থরাকলৈমা : হৈমা! হৈমা, করিনোনে পাম্ভোইনু নঙনা খল্লিদুবো? নঙবু ঙাওরবরো, নঙনা তৌরিদো কান্নরোইনে ইমুংসিদা?

*(পাম্ভোইনু, মচেগী মরুম লোৎলগা কপ্লা- কপ্লা খুমজরকই)*

পাম্ভোইনু : ইমা, নচা ঙসিদি ভাব তাজরে, নচাবু ব্লারৌবিগনুকো, ঐ য়ূমসিগী মৌ ওইনা ইপুরোইবগী থৌগল মতোল লোম্না তৌজরগে। নুপী হায়বসিদি নোংমা শোয়দনা মমা হায়বদো ওইরক্কনিদো। মতমদুদা নচানা হল্লকপী ওইনা ইপামদা লৈবদো ইমা, নচানা পামজদ্রে, ইমাগী মায় খুনবা থবক্তি নচানা তৌজররোই।

*( মচেগী মরেংবান্দা ঙাদুনা পেন্না কপচৈ, তুমিন্না লৈরম্বা তোমথিনঙানবা খাংবা ঙম্মক্রুদনা হায়জরকই।)*

তোমথিন : ইনে, ইনেনা অহল অমা ওইনা ইমুংসিবু ঙাকপী শেনবীয়ু। ইনাওনুপাগা ইনাওনুপীগনা হেক- হেক খৎনরিবসিদি লোল ফাওনদবদগীনি। অহল লমন লৈতবগী হৌনবী ব্লারক- ব্লাতেম্বীনবা লৈতবা হায়বদো থোকখ্রে। ঙসিদগীদি ইনেনা ব্লারক- ব্লাতেম্বীরো। *(খুরুম্মী)*

পাম্বোইনু : ইমা, ঐ ইচেগা য়ূমসিদা লৈমিন্নজহৌরগে।

*(থরাকলৈ তুমিন্না লু লূক্লা লৈ, ঙাঙলক্লিবা পূম্নমক তারি।)*

তেলহৈবা : অদুনিদনা ইচে, য়ূমদা শুকহন হল্লক্কনুকো। নিঙোলনা মপামদা হল্লক্লগা লৈবসে মীয়াম্মা হল্লকপী অমা লৈবনি হায়দুনা খোঙথাং খূদিংগী ঙাঙনরক্কনি। ফজফম অমত্তা লৈতবনিকো ইচে। ইমা, ইমাসু ভাব তাবিয়ুকো। ইমাদি শিগ্রগা লোইরে, তিন্নহৌগদৌরিবা লৈমিন্নহৌগদৌরিবসে নহা ঐখোয় ঙাক্তনিদো। নথন্তগী খনগনুকো, ঐখোয়গীসু খনবিয়ুকো।

*(থরাকলৈ তুমিন্না তারম্বদগী খাংবা ঙম্লক্রমাল্লে, তেলহৈববু খাম্মকই।)*

থরাকলৈ : য়ারে ইবুংঙো তেলহৈবা, ইমা ভাব তারে। তাদুনা লৈবা ঙম্লক্ত্রে, মখা তারক্লগনু।

*(তাঞ্জাদুদা মতাং চানা চীংলেম্বীনা খুরুম্মকই)*

চীংলেম্বী : ইমা, ইনাওগী মচেম ওইরবনিনা ঐমক্কী অপোকপীনি খঞ্জরগে, ইনাও পাম্বোইনুবু থম্বীরম্মু। ঐখোয় ইচিন ইনাও অনীনা নুংশি চান্নবা লৈমিন্নজহৌরগে। ইমাগী নফমদা ইনাওবু নিজহৌরগেকো।

*( চেংলৈলৈমনা মনাওদ- মনাওগুম্না মচানুপীবু নুংশিবীবগী মতৌ মচা য়ুথকপগী শরৈনচিংবশিং মুন্না খম্বরকপদগী লৌশিং লাক্লদুনা)*

থরাকলৈ : ইমাগী ইবেম্মা চীংলেম্বী, ইমানা তুমিন্না লৈবা ঙম্মক্ত্রেনে, করিসু নত্রবা য়ূম্নাক শাগে তিন্নদ্রবী নহাক্লা ঐগী ইচাবু ননাও

ওইরবনি হায়দুনা ঐবুনা অপোকপী নমাগুম্না ইমা- ইমা হায়না কৌরকপসিদা ঐগী অশাউবা পূম্বা উন- ব্লাইমুক চীকখ্রেনহে। ইচাশা, লাওনে, অপোকপা ঙাক্তনা ইচা নত্তেনে। নখোয় পূম্নমক্কী নফমদা ঐ মায়থিরেনহে। নুপী ওইরগা নুপীগী পূকচেল চেন্দ্রবী, মমা ওইরগা মমা ওইবীগী মীনুংশি চেন্দ্রবী ঐসে ইচাশিংগী নুংশিনবসিনা মীকপ থোকহল্লেনে। ঐদি অহল ওইরবনি, ঐনা হিংদুনা কয়াম কুইনা হিংগনি। ঙসিদি ঐগী লৈজরিবা লন- থুম পূম্নমকসে লৈহৌরিবা নচিন- নৌপ্বা পূম্নমক্তা লোইনা শিন্নরম্লগে। অদুগনে ঐগী ইচানুপা অঙাওবসিদংদি নখোয় ময়াম চঙদুনা অফবা মী অমা ওইহল্লকউকো। নুংশিনবা হায়বসিনা ঐখোয় পূম্নমক্কী অইংবা ওইরক্কদৌরিবনি। ইচাশা, ইংহনশি নুংশিনবসিনা।

*(পূম্নমক·নুংঙাইমিন্নবগী মওং, নুংঙাইবা মিউজিক)*

লোইরবা।



